জিতেশ্বর লোকমঙ্গলম্

# শান্তিগী লক্ষ্মী



জনতা প্রকাশন
ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল

লাইনিক অসিদা

★ থবক তৌদবা মীনা পুন্সিদা হুন্ডাইবা ফংই। থবক শুবা মখোয়গী লাইরৈ, চরা হেল্লি। অশুবনা মীনাইনি, শুদবনা মপুনি। শিরো নত্রগা লালহৌরো।

★ ধর্ম্ম পুন্নমক্কী রাশিংদুদা লাইরবা তশেংনা কোকহন্নবা রা য়াওদে। ধর্ম্ম পুন্নমক্না হাৎন-শুনগন্নু হায়। মসি হেন্না পৈশিনবা ইনাকখুনবা কাংবুগীদমক মীচংচংবা পাওতাক্নি।

★ ঈহিং-নাহিং তানবা লাল নতনা মীয়ামা পুকথনা চাবা ফংনবা উপায় উবা ফংদ্রি। মী হাৎনবা খুৎলায়দি সরকারগী খুত্তা লৈবনিনা মীয়ামা করিম্নু তৌবা ঙমদনা লৈরি।

★ খুৎলায় পায়দুনা, লাল হৌদুনা শিজবা অসি নত্তবা উপায় কনানা হায়বা ঙম্নগে?

★ সরকারনা পাম্বদি লাইর-অনং মীয়ামা চাদ-শেত্তনা লাইরনা লৈবসিনি। লাল শোক্কনবগী মরম য়াম্না লৈরবনি। মীয়ামগী লাল অমগী মরম তশেংনা উরে।

★ মীয়ামগী শান্তিগী লম্বী হায়ববু মীয়াম্না খুৎলায় পায়বনি। মীয়াম্না শিবা কিরিমথৈদি লানফমদা মায়থীদুনতা লৈগনি।



## SOME OF THE IDEAS WHICH INSPIRED TO SHAPE THIS BOOK

We eat food, wear clothes, and enjoy comforts, while those that produce them are dying by degrees in unhealthy surroundings and bad economic conditions.

We repress our natural sympathy with those who suffer because it does not pay us.

—S. Radhakrishnan

To love a man means to do everything for him, to make him happy, to make his life not only better but also more beautiful.

—Soviet Land.

He who feeds himself and neglects the poor goes to hell. —Vishnu Purana.

Life is peaceful when food abounds, violent when the mouths outrun the food. War is a nation's way of eating.—W. & A. Durant.

Echoes of cries of pain reverberate in my heart. Children in famine, victims tortured by oppressors, helpless old people a hated burden to their sons, and the whole world of loneliness, poverty, and pain make a mockery of what human life should be. I long to alleviate the evil, but I cannot, and I too suffer.

—B. Russell.

I am of opinion that my life belongs to the whole community and as long as I live it is my privilege to do for it whatever I can. I want to be thoroughly used up when I die, for the harder I work the more I live.—G.B. Shaw.

We are all born unfree and unequal. Leave men free, and their natural inequalities will multiply almost geometrically. To check the growth of inequality, liberty must be sacrificed. Only the man who is below the average in economic ability desires equality.—W.&A. Durant.

Let one acquire much food by any means whatsoever .—Upanishad.

অন্যায় যে করে আর অন্যায় যে সহে,
তব ঘৃনা তারে তৃন সম দহে—রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর।

ইতনে ব্যাপক পৈমানেপর ভ্রষ্টাচার কে চলতে হুয়ে ভী চুপ-চাপ বৈঠে রহনা বড়া পাপ হৈ। মনুষ্যকা পুরুষার্থ ইসীমে হৈ কি কোঈ সাথ ন দে, তো ভী রহ অকেলা হী দুষ্টতাকা মুকাবলা করে। —কৃষ্ণদাস জাজু।

Showing mercy to the wicked is doing injury to the good, and pardoning oppressors is injuring the oppressed.—Gulistan.

It is notorious that the principles which we apply in our actual living are largely opposite to those which we preach in our churches and our books.—W. Durant.

Those who work, work; those who injoy the fruit of others' labours, enjoy.—Unknown.

There is more to life than the accumulation of money. Money is only a trust in one's hands. To use it improperly is a great sin. The best way to prepare for the end of life is to live for others.—Rockefeller.

How far human nature changed in the course of history? Means and instrumentalities change; motives and ends remain the same. By and large, the poor have the same impulses as the rich, with only less opportunity or skill to implement them. Nothing is clearer-in history than the adoption by successful rebels of the methods they were accustomed to condemn in the forces they deposed.—W.A.D.

---

# ৱাহৌদোক

ঐনা দিসেম্বর ১৯৭৯ দা শৈরেং অমা ইথি। শৈরেং অসিবু ঐনা তাং ৩০। ১। ৮২ ইংদা অস্মুন্না ফোংদোকখি— **This is the best of the poems I have so far written.**

শৈরেং অতু মসিনি—
থবক,
থবক, থবক,
থবক, থবক, থবক,
থবক, থবক, থবক, থবক,
থবক, থবক, থবক, থবক, থবক !
থবক তৌদবা মীঁনা
পুনশিদা হুঙাইবা ফংই !!
থবক শুবা, থবক নোম্বা, থবক তৌবা,
খুৎনা-খোংনা শুবা-নোম্বা-পোথোকহনবা মখোয়দুনা······
লাইরৈ, নংই, চাদে, শেত্তে, চরাহেল্লি !!!
অশুবনা মীনাইনি,
শুদবনা মপুনি !!!!
শিরো নত্রগা লাহেল্লোরো !!!!!
শৈরেং অসিগী শন্দোকপা অতু লাইরিক অসিদা ইরি।

ইম্ফাল,
১৯। ৮। ৮৩

জিতেশ্বর লোকমঙ্গলম্

# হিরম



.....

# চিঙ্গাক্কী লাল

**Now we must turn to the war against poverty and win it with unity and determination— Indira Nehru Gandhi.**

পুন্সি অসি অমনা অমদগী হেনবা তানবনি। চানবা চিঙ্গাক্কা মরাং কায়না লৈদ্রনা পুক থন্না চাবা ফংলবদা মীনা শান্তি ওইনা ইংনা পান্দুনা লৈ। চিঙ্গাক রাৎপদগী নত্রগা অতৈ মরমদগী পুকথন্দবা-চরাহেনবা মশিং য়াম্লবদা ইরাং থোরকই, হিংসা তৌরকই, হাৎন-শুনবা ওইরকই। ঐথোয়না মহৌশা ওইনা তানশিন্দুনা পৈশিন্নিংই, কল্লক-মীহৌ চাওই, খৎনগল্লি — মরমদি ঐথোয়গী ঈনা চহি লিশিং কয়াবু নিংশিংই। হৌখিবা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা ঐথোয়গী ইপা-ইপুশিংনা শাদানবগী থবক তৌবা তারম্মী। মথংগী চরাগীদমক অথুবা মতমদা শা ফাবা ঙমদবা য়াই থল্লুহনা কিবদগী মথোয়না হেক ঙম্বমথৈ চাশিনবা তারম্মী। লাল হায়বসি জাতী অমগী চানবগী লম্বীনি। ঐথোয়গী ষ্টেটশিংনা অচৌবা অমম্ভুং তশেংনা ঙাকশেনবা ঙম্বা কাংলুপ অমগী মেম্বরশিং ওইহনা হিংবা ঙমদ্রিবা ফাওবদি শাদান্দুনা হিংবা মতমগী মীশিংগুম্না থবক তৌহনা লৈবা তাই।

হৌজিক্কী যুগ অসিদা পুকথন্দবা, চরাহেনবা, লাম্লবা, লাইররবা-নংলবা, শোল্লবা নীশিং য়াম্না লৈখ্রে। হেন্না পৈশিনবা ইনাকখুনবা থরনা নাকল অমদা লৈরি। রাফম অসি নৈ-নরকপদা, পন্নিংবদি John Lost না ইবা শৈরেং, I See Millions কৌবত্তুদা ইরিবত্ত মতমসিদা তশেংবা ওইনা লৈরি—

East and West and North and South
Everywhere I go
I see millions living from hand to mouth
Strangled by poverty slow.

I see millions and millions of hungry souls
Naked and ragged and dirty and sick!
Living like rats in airless holes
On a forced starvation kick.

I see millions and millions of starving poor!
And just a few rich on top up high!
Safe behind their closed walls and
fence and door
Where they live and cheat and eat and lie;
East and West and North and South
I see millions living from hand to mouth.

হায়রিবা রাশিংসি হৌজিক্কী মতমসিদা য়াম্না চুমত্তুনা লৈরিবনি। ঐহাক ইশামকস্তু লৈতবদগী চরাহেনবা অমস্তুং পুকথন্দবা, রাৎনা চাবা য়াম্না য়াওরিবনি। ইরিবা অসিনক লাইরবনা লাইরবা কোক্রবগী মরমদা ইবনি, চরাহেনবনা চরাহেনবা

কোক্লবগী মরমদা ইবনি। রাত্ত-পাদবা ইনাকখুনবনা লাইরবা চরাহেনবা কোক্লবা ইবা নত্তে।

ধর্ম্ম পুন্নমক্কী রাশিংতুদা লাইরবা তশেংনা কোকহন্নবা রা য়াওদে; চাদ-শেত্তবা, লাইর-অনং, পুকথন্দবা-চরাহেনবা অসি সমাজদা অতুম লৈবনা চুম্মী হায়বত্থু উৎলি। তোল্ল-তারবা, লাম্লবা-চরাহেল্লবা লাইর-অনংবু মুংশিয়ু, পিজো হায়বদি য়াওই। সমাজদা লাইর-অনং লৈতনবা রাদি য়াওদে। ধর্ম্ম পুন্নমক্কা লাইর-অনংবু মতমচুপ্পদা লৈবা পাম্মী; হিংসা থাদোকউ হায়, হাৎন-শুনগনু হায়। মসিমক হেনবা পৈশিনবা ইনাকখুনবা কাংবুগীদমক মীচংচংবা পাওতাক্নি। ধর্ম্ম থরনা লাইরবা-নংবা অসি মপাপকীনি হায়বা ওইনা তৌই। লাইবক্লা তম্বনি হায়তুনা পেন্নৌ হায়বসি ধর্ম্ম পুন্নমক্কী পাওতাক্নি। তশেংবদি মসি খুৎলায় পায়বা ইনাকখুনবা অতুম লেংদনা লৈনবা রানি।

শাসকশিংনা লাইরবা কোকহনগনি, মান্নবা পুরক্কনি হায়তুনা হন্না-হন্না রাশকই, তশেংবদি মচিন থীবনি, পাংথোকপা ঙম্ন-রোইদবা রাদা রাশকপনি। ইন্দিরা গান্ধীনা ১৯৭২ গী ইলেক্সন্দা লাইরবা মুথৎকনি, 'গরীবী হতাও' হায়তুনা রাশকখি। অপংবা প্রজা মীয়াম্না থাজতুনা ভোট পীখি, রাজশক্তি পায়খি। লাইরবা-চরাহেনবা-নংবা কোকহনবা ঙম্বা ওইথোক্তবনি। খুৎলায় পায়বা, শক্তি পায়বা, শাসন তৌবা ইনাকখুনবশিংনা লাইরবা কোকহনবা শুকপাম পামদবনি। অপংবা মীয়ামদা শুম্মৎনবা পংহায় হায়জিনবনি।

ওইথোকপা ঙমগদবা, পাংথোকপা ওইথোক্কদবা রাদা রাজনীতিগী লুচিংবশিংনা রাশকপা কৈ, ভোট ফংনবা চিন্থিবদি মথোয়গী অমস্তুং মীয়ামগী অফবা ওইরোই। ইন্দিরা গান্ধীনা ১৯৮০ গী ইলেক্সন্দদি লাইরবা কোকহনগনি, 'গরীবী হতাও' হায়খিত্রে, অদুবু ভোট ফংখি, শাসন পায়খি— মপুন্সিদা, মীরোল কয়াদা, যুগ কয়াদা লাইরবা কোকহনবা ঙম্মরোইদবনি, মীওইবদি মহৌশাগী ওইনা মান্নদবা পাম্বনি। নমথনবা হোৎনরবদস্তু মান্নদবা অসি হেঙ্গৎলকই। শেলথুমগী ফিবমদা চাংচত্তগী শোথনা নেমথনা লৈরবা মীশিং অদুতনা মান্নবা পাম্বনি। হেন্না তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা মীশিংদুনা অশোনববু নমথনবা খুৎলায় অমনি। ইনাকখুনবনা লাইরববু নমথবসি অদুম চুমদুনা লৈরি।

লাল শোক্লবা, হাক্তোক্লবা অসি তোক্লসি হায়বসি শক্তি পায়বনা য়াবা লৈতে। মতাং অসিদা মহাত্মা গান্ধীনা হায়, A violent and bloody revolution is a certainly one day unless there is a voluntary abdication of riches and the power that riches give and sharing them for the common good. ইহিং-নাহিং তানবা লাল নত্তনা লান্নবা মীয়াম্না পুকথন্না চাবা ফংনবা উপায় অমা ঙসি ফাওবা উবা ফংদ্রি।

হৌজিক্কী মতম অসিদা, ভারতা অনস্তুং রাজ্যশিংদা থোয়-দোকপদি মণিপুরদা শাসকশিংগা মীয়ামগা থাপতোক্লবা অসি অস্তুম-অস্তুম হেঞ্জিল্লক্লি। গনতন্ত্রনি হায়বগী অর্থ য়াওশিল্লক্রে। গান্ধীজীনা মতাং অমদা হায়খি, The truth is that power

**resides in the people.** মীয়ামগী খুত্তা শক্তি লৈ হায়-হুনস্মু মী হাৎনবা খুৎলায়দি সরকারগী খুত্তা লৈবনিনা মীয়াম্না করিস্মু তৌবা ঙম্মদনা লৈরি।

শাসকশিংনা করপসন তৌবসি অস্মুম-অস্মুম হেনজিল্লক্লি। করপসন কয়া খুৎনা থিন্দুনা তান্নবস্মু শক্তি পায়বনা মরম ওইহুনা তোকউ হায়বা য়াদ্রি। মতাংসিদনা, ভারতকী রাখল খনবশিংগী মহুংদা শিংথানরবা আচার্য্য কৃপালনীনা ইখিবহু পম্নিংই, **Most revolts and revolutions in history have been caused by the widespread corruption among the rulers. The French Revolution was caused by the corruption practised by kings and their aristocratic officials.** ঐখোয়না হায়নিংবা অমা লৈ মহুদি করপসনগী থবক পুম্নমক অসি লাইরবা-অনংবা, চানিঙাই-শেৎনিঙাই লৈতবা মীয়ামগী মায়োক্তনি, মীয়াম্মু শিংনবনি ; সমাজদা লাইরবা মীয়াম্মু মতমচুপ্পদা লায়রনা লৈনবা থৌশিন্নি করপসন তৌরিবা পুম্নমকসি। লেপ্পবা ফনয়াম্না হায়র-বদস্মু লেপ্পা লৈত্রি—অহিংসাগী উপায় হায়বদি সত্যাগ্রহ তৌহুনা শিজবা নত্রগা খুৎলায় পায়হুনা, লাল হৌহুনা শিজবা অসি নত্তবা করি উপায় লৈরিবগে কনানা হায়বা ঙম্বগে ?

তশেংনমকস্মু অচুম্বনি— পুকথন্না চাদবা, লাম্লবা-শোম্বরবা মী য়াম্না লৈবনি, চরাহেনবা, চাবা ফংদবা মশিংস্মু য়াম্না লৈরি। খর-খরদং চাবহুনা শোম্বহুনা লৈবনি। ওইরিবা ফিবমদি সর-কারনা পাম্বদি অস্মুম্না লাইর-অনংনা চাদ-শেত্তনা লাইরনা মীয়াম্না

লৈবসিনি— সরকারবু শৌগৎপা ইনাকখুনবশিংনস্থ মীয়াম্না লাইরনা লৈবসি পাম্মী। মণিপুরদা বৃটিশকী শাসন মতমদা 'হুপী লাল' হায়তুনা চাক তাংবগী লাল অমা থোকখিবতু তশেং-নমক শিবা কিনদনা হুপীশিংনা চোংথোকখিবনি। হৌজিক ওইরিবা চরাহেনবা মরকসিদা লাল শোক্লনবগী মরম য়াম্না মুন্দুনা লৈরবনি। তশেংনমকস্থ ইতিহাসকারনা হায়বা **War is a nation's way of eating** হায়বতু ভারত্তা অমস্থং মণিপুরনচিংবা রাজ্যশিংদা লাইরবা, অনংবা, অরাম্বা, খৌরাংবা, শেত্তবা চাদবা, য়াম্না লৈবসিদা য়াম্না চুম্বা ওইনা থোকই। শাসকশিংনা খন্থবা রাৎহৌরবদি লালহৈ নত্রগা লাল হায়বসি ইরায়-লায়না থোকপা য়াই।

ভারতকী গনতন্ত্রগী অচুম্বা খরা লৈ— মতুগী মন্থংদা অমদি মীয়ামগী মাংদা খরনা শাসন তৌবা অসিনি। নিংথৌ পাল্লি-ঙৈদনা পুন্সিগী শিঙ্গিফাওবা নিংথৌ ওইবনি, হৌজিক্কীদনা মী খরনা পুন্না চহি মঙাগী ওইনা হুঙাইনা হিংনবা ঙম্বমথৈ করপসন তৌতুনা খোমজিনহৌবা মহৈ-মহৈ ফি তাখৎনতুনা হোৎনবা উরি, মসিগী মন্থংদা লাম্লবা মীয়ামগী চিঙ্গাক্কী লাল অমগী মরু হুল্লে হায়বসি তশেংনা উরে। হৌজিক মণিপুরদা থোক্লিবা হাৎন-শুনবা ময়ামসি মরুহুল্লিবা অতুগী মন্থংদা অমনি।

ঐখোয়না মসিদা হায়নিংবা য়াম্না লৈ, মসিগী মন্থংদা অমদি 'সত্যমেব জয়তে', অতুবু নোংমৈ গুলিনা পাল্লবদি মী শি হায়বসিদগী হেন্না চুম্বা অমা অমুক লৈত্রে। অচুম্বস্থ অতুম

নোংমৈ গুলিনা পাল্লবদি শি, শিবা কিদবা য়াম্না লৈবা উরে, অতুনা শিনবা য়াম্না উরে। শাসন পায়বা, শক্তি পায়বা, ইনাক-খুনবা মীনা **অফবা, অচুম্বা তৌবা হৌগদবনি।** মসি তৌবদগী শিনবা, হাৎনবা, য়াম্না থোক্লিবা অসিনি। মীয়ামগী শান্তিগী লম্বী হায়ববু মসিনি; মসিগী ওন্ন-তৈনবদনা মীয়াম্না খুৎলায় পায়বনি। চরাহেন্দুনা শিবস্তু শিবা, খুৎলায় পায়তুনা শিবস্তু শিবা, শিবদি অমত্তনি। খুৎলায় পায়বগীনা আশা অমা য়াওই, চরাহেন্দুনা শিজবদি মীওইবগী হিংনবগী হোৎনবা অতু ইয়াও ময়াওদ্রে।

চিঞ্জাক্কী লানফমদা মীয়ামনা মায়থিতুনতা লাক্লি; মসিগী মরমদি খুৎলায় পায়বা শক্তি লৈবনা হাৎকনি বিবদগীনি। লাইরবা মীয়ামনা সত্যাগ্রহবু তৌরবস্তু, খুৎলায়বু পায়রবস্তু শিবা কিরিমখৈদি চিঞ্জাক্কী লানফমদা মায়থিতুনতা লৈগনি। শক্তি পায়ববু মায়োক্নগদবদি শিবা কিদবতনি। সত্যাগ্রহদি শিবা কিদবা অথৌবা মীগীনি, মসিগুমনা খুৎলায় পায়বস্তুনি।

ঐখোয়গী ভারত অসি লায়নিংবগী রাদা ঙাংতুনা লৈ, পুকথন্না চানবদি খন্নদে। চরাহেনবসি ঈশ্বরনা তম্বনি হায়তুনা লৈথোক্লি। শ্রীকামরাজনা কংগ্রেস প্রেসিদেণ্ট ওইরিঙৈদা মী-রৈবাক্কী রাজতুত অমনা ভারত থাদোক্লমদাইদা মহাকপু উন্নবা লাকখি। কামরাজনা হংখি—ভারত অসি নংনা করম্না ফংবগে? রাজতুতনা খুমখি— থোয়দোক-হেন্দোক্লা ফজে; য়ামনা থাক রাংনা লৈ। কামরাজ—ঐখোয়গী লৈবাকসিদগী নহাক্লা থংজিন্না

খরদি লৈরম্লগনি। রাজহুর্ত— য়ামনা খংজিল্লবনি। খায়দগী হেনবা ঐনা ফংবদি ভারত্তা লাকপদগী ঐহাক ঈশ্বর থাজদবা ওইরম্বদগী ঈশ্বর থাজবা অমা ওনখ্রে। কামরাজনা হরাওনা হংখি—করমনা? রাজহুতনা খুমখি—The leaders in your country are busy in breaking the heads of each other in the struggle for chairs, the industry is coming to a standstill due to strikes, gheraos and lockout. Millions of people still go to sleep hungry because of the grain deficit. Schools, colleges and universities are closed because of indiscipline and unrest. The boys hanged their principal upside down from the roof. The trains run late. No work is done in government offices, where even punctuality is not observed. The fields and barns are empty. Dishonesty and corruption is rampant everywhere. All these are apparent and they are enough to bring down even the strongest country to the bottom. Yet your country is not only alive, it is even moving rapidly on. Seeing all this, I have been convinced that God may or may not exist in other countries, He is certainly present in India, and it is under the shelter of that World Ruler that you are making revelry.

লাইনিংবা, ঈশ্বরবু থাজবা অসিনা মীয়ামনা অস্থুম লাইরনা লৈরিব্রা? তশেংনমকস্থু মসি চাম্মদা চাম্মা চুম্বনি মরমদি চহি

লিশিং কয়াসিদা লাইনিংবগী মহৈনা লাইরনা, নংনা, চরাহেন্না মীয়াম্না লৈরক্লিবসিনি।

ঐনা মী অতৈদগী হেন্না লৈরগা ঐনা করিগী হরাওফম-নুঙাইফম থোকপগে! মী অতৈনা পুকথন্না চাদ্রগা ঐনা হাওনা পুকথন্না চারিবসিবু ঐগী নুঙাইনবা মরমলা! আমেরিকাগী ইনাকখুন্বা Rockefeller না হায়খিবা অমা নিংশিংলকই—The best way is to live for others.

ঐখোয়গী পুন্সিগী philosophy নত্রগা মীৎয়েং অসি পুমওন-ওনবা অনৌবা অমদা হোংদোকপা তাবনি। মসিনা ঐখোয়গী পান্দম ওইগদবনি। মসি নত্তবা লম্বী অমা কনানা কদাইদা তাকপা ঙম্বগে!

ইন্দিরা নেহরু গান্ধীনা হায়খি—The people and the administration must work together. Don't be a spectator. Join as an active participant. ঐখোয়না খংবা ঙমদ্রিবদি মীয়াম্না করম্না শাসন্দা active participant ওইনা য়াওগদৌরিবনো! মসিবু administration না হায়বমথৈ মীয়াম্না পংয়াদ-য়াও হায়রিব্রা! অমুক্কা গনতন্ত্রদদি শাসননা তৌবত্থ মীয়াম্না তৌবনি হায়। রাহৈগীদি ফজে; থবক ওইনা পাংথোকপদি য়াদে। ফজবা রাহৈ তাবদা মীয়াম্না শুঙ্কত্তুনা লৈরে, চরাহেনবা কাওরে। অম্সুন্না মীয়াম্না শুঙ্কত্তুনা শোম্থত্থুনা লৈরি চহি যুগ কয়াদগী। অত্থবু ঐখোয়না রাশকপা তাই— Now we must turn to the war against poverty. লাল অসিবু হিংসাগী লাল্লা নত্রগা অহিংসাগী লাল্লা!

মসিতনি মীয়ামগী মাংদা তারিবা রাকম ! পাওখুমদি অমস্থুং থবক্তি মীয়ামগীনি। লাইরবা কোক্লবা লালদি লাইরবা মখোয় মশানা চোংথোরক্কুনা শোক্লজগদবনি। সরকারনা, ইনাকখুনবনা শোক্লবিগদবা নত্তে। লাইরবশিংনা মখোয় মশানা সংস্থান শেমজহুনা লাম্থেংনজগদবনি।

অচুম্বা কদাইবু কৌবগে ? মীচং কনবহু অচুম্বনি। শাসন কদাইবু কৌবগে ? মী হাৎনবা খুৎলায় পায়বা, মী হাৎপা অহু শাসননি। শিববু কিরিবমখৈদি মীয়াম্না লাইরবা-নংবা, চাদবা-শেত্তবা কোক্কদবা লৈত্রে। মীয়ামস্থু খুৎলায় পায়হুনা হিংনবগী লানফমদা চোংথোকপা তাই, শিবা কিদবা তাই, হাৎনবা তাই। ভারতনা স্বরাজ ফংলবদা অহিংসাগী লুচিংবা মহাত্মা গান্ধীনা হায়খি ভারতকী মীয়াম অহিংসাগী লান্মী ওইয়ু। মতম অহুগী শাসন পণ্ডিত নেহরুনা লুচিংবা অহুদদি অহিংসাগী শাসন তৌ হায়খিদে। শাসননা মীয়াম্বু হাৎপা য়াখি। মীয়াম্বুদি খুৎলায় পায়গনুতা হায়। অহুনা লাইররিবা, নংলিবা, চরা-হেল্লিবা অসিনি। আইনবু অচুম্বরা ? অচুম্বদি খুৎলায়নি। **Mao** না মচুম্মে— **Political power comes from the barrel of a gun.** ঐখোয়না ইতিহাসতগী থংবা ঙম্মী মসিতনা শান্তিগী লম্বীনি।

খুৎলায় পায়বা তাই !

খুৎলায় পায়রো মীয়াম !!

লাল হোরো মীয়াম !!!

---

## লাম্লবা মীয়াম

পুম্নমক অসি হিংবদগী ওইরিবনি। হিংলিবসি চিঙ্গাক্তগী ওইবনি। চাননবা চিঙ্গাক ফংনরক্তবদা হাৎনরকই। হিংননবগী-দমক্তা মীনা হাৎনরকই। মতম অহু, হৌথিবদা, হৌজিক্তা; ওইরক্কদবদা ওইতুনতা লৈ।

অমরোমদা পুন্সি অসি শিবনি। হিংনবা লম্বী হাৎনবনি। সরকারগীদি য়াদ্রবদি হাৎকনি হায়বসিনি। গান্ধীজীগী অহিং-সাদি মী হাৎপা য়াবনি। ধর্ম্মগী যুম্ফমস্তু মসিনি। হাৎপা হাৎনবা অসিগী যুম্ফমদা মীওইবা সমাজনা হিংতুনা লৈবনি। মসিদা লাল্লবা মীয়াম্না করমনা লামনা অতুম হিংতুনা লৈরিবগে নৈনতুনা য়েংশি।

---

## ১

লাম্লবা মীয়াম ! য়াম্লবা মীয়াম !

লাম্লবা মীয়ামদি মতমকুইনদগী লৈরক্লবনি। ঐখোয় লাম্লবা মীয়ামগীনি, লাম্লবা মীয়াম-ঐখোয়গীনি। লাম্লবা মীয়ামদি ঐখোয়দগী খায়দোকপা য়াদনা লৈরবনি, ঐখোয়সু লাম্লবা মীয়ামদগী তোঙানবা নত্তে।

নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা লাম্লবা মীয়াম, লৌমী-শিন্মীনা ওইবা লাম্লবা মীয়াম, য়ামগ্রবা লাম্লবা মীয়াম অসিনি ঐখোয়গী পুনশি, ঐখোয়গী পুনশিগী পান্দম।

অরাম-খৌরাংবা হেনগৎলক্লিবা মীয়াম, য়ায়বা মীয়াম, লায়রবা হেনগৎলক্লিবা লায়বা মীয়াম, চরাহেল্লবা মীয়াম। মসি খঙলুবদা, মসিগী খল্লুবদা, পুক্লিংদা থুক-লাউবা অমা পোকই-লোইবনাইদ্রবা রাখলগী ঈথক হৌরকই। ইখঙ-খঙহৌদনা ঐখোয়গী থাকপা লৈত্রবা মুংশিবা পুন্নমক লায়বা মীয়ামদা তিল্লুরি। ঐখোয়গী থম্মোয়গী মপুনা পিনবনি ঐখোয়না মীয়াম্মু মুংশিবা, লায়বা মীয়াম্মু মুংশিবা—মসিতনি ঐখোয়না পামজবসু, মসিনি ঐখোয়গী লাইনিঙসু।

লেপ্তবা ঐখোয়গী লাইশোল, লায়বা মীয়াম অসিনি। পুনশিগী খোঙথাং খুদিংমক্তা, মতমলৈবখিবিক্তা, ঐখোয়গী পুনশিগী মন্ত্র হায়ববু লায়বা মীয়াম অসিনি। ঐখোয়গী শিং-লিদা চেল্লিবা অশাবা ঈ লায়বা মীয়ামনি।

ঐখোয়গী মীংয়েং, ঐখোয়গী খোম্থোক, ঐখোয়গী খোঙথাং, ঐখোয়গী থবক, ঐখোয়গী রাখল-পুক্লিং-হকচাং পুন্নমক অসি লায়বা মীয়ামনি। ঐখোয়গী পুনশি, ঐখোয়গী পুনশিগী থবক লায়বা মীয়ামগা অমত্তা ওইনা তিন্নখরে।

সমাজদা মায়দবগী শক্লোন্না নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। মীয়োল-মীয়োল খুদিংগী হেনগৎলকিবা মায়দবা হায়বদি ইনাক-খুনবনা হেন্না-হেন্না ইনাকখুনগৎলক্লিব। অদুগা লায়রবনা হেন্না-হেন্না লায়রশিল্লক্লিবা ফিভম অসিদা লায়বা মীয়ামগী অরা-অনংগী চাং য়াম্না হেঞ্জিল্লক্লে।

মখী খরদি কখল-মক্কেলগী মিরোল য়াম্না শেংলে, চাউরবা-মুণ্ডাইরবা য়ুমদা লৈরে, কাউরবা, হকচাং ফজবা চিঙ্গাকসু পুকথম্না লেম্না-পাম্না চারে ; অদুগা, লাম্নবা মীয়ামদি মোণ্ডলবা-শেগায়রবাকি শেংপা; পুকথম্না চাদবনা হেন্না মশা শোম্বা; মমীৎ কুৎপা অমদি শকফম শোকপা ওইরে।

মহৌশাদি লৈফম, য়ুম লৈতবা মী লৈরমদে ; হৌজিক্কি মশাগী লৈনবা য়ুম লৈজদবা মীগী মশিং, মপাম্নাইদনা য়াম-খরে। অচৌবা য়ুমদা লৈরগশিংদু হেন্না পিকপা অমদি ফত্তবা য়ুমদা লৈনরে।

লাম্নবা মীয়ামগী অচুম্বা হায়ববু লায়রবা-নংবা হেনজিল-লকপা, চানিঙাই-শেংনিঙাই ফংজিল্লক্কবা অসিনি। অচুম্বা অসি মায়োক্লনা খঙ্গে-উগে হায়রবদি সহরশিংগী মচি-মচিদা, খুঙ্গং-খুঙ্গংশিংদা, য়ুম-য়ুমশিংদা চকুনা, ইমুং-ইমুংশিংদা চঙদুনা মীয়ামপা উম্নরবতদা ফংগনি—উগমি-খঙগনি-থেংনগনি। চাক্লিবা অদু, শেংলিবা অদু, তুক্লিবা অদু, মীৎকুৎলিবা অদু, মশা ফক্লিবা অদু, মীৎমক্লা মাঙমক্তদা উরবদা অচুম্বদু মসিনি হায়বা খঙগনি। অরৈবা অমসুং লৈতবা অনিগী খেন্নবসি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি।

মীয়াম্মু মুংশিবা শাবা শাসকশিংনা লায়রবা কোকহনগনি হায়না লাউদুনা মচিন থীরি — মতমকুইনা লৈরক্লবা লায়র-অনংগী ফৎচিন্নক্লিবা ফিবমদি হেন্না-হেন্না ময়েক লাশিলক্লি। মচিন্তদা চাওথৎপা পাম্বা, অওনবা পাম্বা, লায়রবা কোকহন্নিংবা

অসিগী ব্রা ঙাংবনি, তৌথোরকপা থবক্কী মতুংইন্নদি লাম্লবা মীয়ামগী চয়া হেন্নবতা ওইরি। মচিন্থিবশিংবু লাম্লবা মীয়াম্না কয়া কুইনবু হঞ্জিন-হঞ্জিন্না থাজদুনা লৈবা ঙমগনি।

শক্তি পায়খ্রগা, মীয়াম্বু কাউথোকপা শাসকশিংবু মীয়াম্না মশক মুন্না খঙবা তাবনি। মীয়াম্না মখোয়বু মস্তিক-চাবা পান্না তমবিগদবনি।

চিন্দ-থীবা থবক্তি পায়খৎপা ঙমদবা মওংদা মতমকুইনা শাসক ওইদুনা লৈনিংলবদি শোয়দনা সমাজদা ঈহিং-নাহিং তা-নবা থোকপা মশানা তাবনি। খুৎকা চিনগা মান্নদবা শাসক-শিংবু লাম্লবা মীয়াম্না কয়া কুইনা থাজদুনা লৈথোকপা ঙমগনি। তেল্লবা মতমদা লাম্লবা মীয়ামগী মাঙতাক্লবা তৌববু কমন-খুমদনা মীয়াম্না তুমিন্না তোকথোকদবা নত্তে।

মীয়াম্বু মুংশিবা, লাম্লবা মীয়াম্বু মুংশিবা! অর্থ করিনো? মীয়াম্বু মুংশি হায়বদু কদায়দা উৎলি? চিন্নদা মুংশি হায়বদুনা মুংশিবা চিংবা নত্তে।

মীয়ামদি মৈহৌরোন্দগী লৈরকলবনি, সনাতন-নি, মতম-চুপ্পগী ওইবনি। ইতিহাসনা য়েৌবা ঙমদবা মতমদগী লৈরক-লবনি; সমাজগী হৌরকফম্নি। মীয়াম্না লৈরিবমখৈ সমাজ লৈগনি; মীয়াম্না লৈতবা মুমিত্তা সমাজ লেররোইদবনি। মীয়াম্না সমাজগী থরায়নি; মীয়াম্না সমাজগী পম্বুংফম্নি; সমাজ অসি মীয়াম্না ওইবনি, মীয়ামসি সমাজনা ওইবনি; মীয়ামগা সমাজগা অনিগী মরক্তা তংন-থানবা য়াত্রবা মরি লৈ।

যুগ কয়াদগী ওইরক্লিবা মীয়ামগী ফিভম, হৌজিক্তস্থু থোইনা কোংদ্রি। পুনশিগী অনৌবা মীথম্মেং, অনৌবা পান্দম কয়ানা পুনশিদা মপুংফাবা অওনবা পুরকপা নত্তরবদি যুগ কয়াদগী লৈরক্লিবা মীয়ামগী পুনশিগী ফিভম, মতুংদস্থু হোংবা লৈতনা অদুম মওইথিগনি।

মীয়াম্না লৌবুক্তা ৱানা লৌউদুনা গণতন্ত্রবু থাক্লি, অদুগা গণতন্ত্রনা মীয়ামগী পুকথম্না চানবদি পিদ্রি; হেন্নদুম লাম্লবা মীয়ামগী শরুকতম্বা অদু ৱাৎশিল্লক্লি; মসিনি মীয়ামগী হৌগ্রবা অমস্তুং ওইরিবা মতমগী ফিভম। অস্তুম্না ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা মীয়াম্না পেন্নদবা, মশানা তাবনি। পেন্দবা অসি কোক্কে হায়রবদি মীয়াম্না অহানবমক্তদা ইশানা ইশাবু খঙজবা তাই; মীয়ামগী শিংলিদা চেন্লিবা ঈ অদু মতমলৈবথিবিক্তা শাদুনত্না লৈবনি হায়বসি কাউফম থোকতে।

লাম্লবা মীয়ামদি আদিকবি বাল্মীকিনি, অহিংসাগী মূর্ত্তি ভগবান বুদ্ধনি, রামায়ণনি মহাভারতনি, গীতানি—উপনিষদনি, বেদ-পুরাণ পুম্নমক্লি, মুনি-ঋষি কয়াস্থুনি, সনাতন ধর্ম্মস্থুনি। মীয়ামগী ঈগী তুরেলগী ঈহৌ উবদা অশোক মহারাজনা মীয়ামগী থম্মোয় ঈপাক্তা তিন্দুনা, মীয়ামগী খোঙদা নিংথৌরেম্না চঙজখি। মীয়ামনা সমাজগী মপুনি, সমাজগী ভাগ্য-বিধাতানি, তাইবং-তীর্থনি।

মীয়ামগী চাউরবা পাম্বোম, কল্লবা পাঙ্গল, মপাম্নাইদ্রবা থৌনা, পুম্নমক অসিগা লোয়ননা লেপ্না নাইদনা নোম্লিবা

অসিনা ওইহল্লে—ষম্পাং খোইবনা যগ, লৈপাক শুবনা লৈপাক, মুণ্ড থুগায়বনা মুণ্ড, উ-য়োনবনা উ, য়োং শুবনা য়োংঅ যুগ কয়াগী হোংবা লৈত্রবা মীয়ামগী পুনশি অসিদা, অহিংসুগৈদল মাইদনা, চাবনা-তুম্বনা, লেপ্তুনা নোম্বা অসিনা মীয়ামু ওইহল্লি থোয়দোক্না লৈখা তারবা, মী ওইনা হিংবগী মতিক চাত্রবা কিবম, পোৎপু-লাঙ্গোম্না লাক্লবা মগনী মতৌগুম।

লান্না মীয়াম্না খঙফম থোক্লবনি—কন্না নোম্বা অসিতনা মীয়ামগী মুক্তিগী লম্বী ওইবা নত্রে। মীয়াম্না হেন্না কন্না নোম্বনা থোইদোক্না লৈখাতারবা পম্মুংফমদুম ওইরক্লে।

মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ থৌরাংগী রানা গণতন্ত্রগী সমাজসিদা শিনবা মুংনা নিল্লি। থোঞ্জেল অসিনা মীয়ামগী নোংমনোংমগী হেন্না ফংচিল্লক্ত্রবা ফিবমগা অমত্তা ওইনা তিন্নথরি। মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইরবা, মীয়ামগী য়াইফ-মুঙাই ওইনবা শিল্লিবা শাসকশিংনা মীয়ামু মুংশি হায়বগী ময়েক লারবা, মন্না তানা কান্নবা ফংলবা থবক্তি ইপায়-পায়থগুদুনা লৈরে।

শাসকশিংনা মীয়ামু তশেংনা মুংশিদুনা, মীয়ামগী মুঙাইয়াইফনবা থবক পাঙথোক্নি হায়বদু নাকোংনা তাবনা হেল্লে—মীহনা উবনা রাৎলে, চেদদি পংয়াম-ময়ামলে—থবক ওইনদি ইয়াম-য়ামদে।

মীয়ামগী মহুৎশিন্দুনা সরকার পায়রিবা শাসকশিংনা মীয়ামু মুংশিদা অশেংবরা? মথোয়না মীয়ামু মুংশি হায়বদু থবক ওইনা পান্নখোক্তুনা উৎলবরা? মথোয়না মীয়ামু মুংশিবদা,

মীয়াম্বু মুংশিন্নুনা মীয়ামগী থৱাক তৌরি হায়বদা খোৱাগী অহিংকচাবা করি-করি লৈরবগে ?

মীয়াম্বু মুংশিন্নুনা মীয়ামগী য়াইফ-মুঙাই ওইনবা শাসন পায়রিবা মীশিং অদুগী করি-করি মগুণ চেনকম থোকপগে হায়বদু মীয়াম্না খঙগদবনি—অহিংকচাবশিং অদু, শাসকশিং অদু মীয়ামগী য়েক্লবনি হায়না লাউথোকদবনি।

শাসকশিংনা, মতমচুপ্পদা, মপান্না ইদ্রবা শক্তিমুতা পামম্লা লৈরবা—শক্তি অদুনা মশাগী লেঙত্রবা স্বার্থগী থবক্তা শুম্লা ওইনা শিজিন্নরবা — মরুঅংনা মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ ওইনবা থবক্তদি চেদা-চিন্দা তৌবদগী হেনদরবা—অদু ওইরবদি গণতন্ত্রদা মীয়াম্না মণুঙকাংনা কান্নবা কংবগী রা লৈখিগত্রা ? পেন্দবা ফোংবতনা মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ পুন্নকপদি ঙম্মোই ; অদুম ওইনমক, পেন্দবা অসিমক মীয়ামগী মুর্তিনি হায়বসিমদি শোয়ত্রবা রাফম্নি। পেন্দবগী রা ঙাকস্নু নত্তে ; য়াইফ-মুঙাইগী রাশিংদু থবক ওইনা অয়াম্বা পাংথোকপা উদবদগী থোরকপা রাফম্নি।

অশোক মহারাজগী ফিদম অদু হৌজিকী শাসকশিংদা অতাংবা ওইরে ; প্রজা মীয়াম পুম্নমক চিংথদনা মুঙাইরবা গণতন্ত্র পুরক্লবা হোৎনবা নোংমৎ-নোংমগী, হেন্না-হেন্না অদুম পাংথোকখিনরদুম ওইনা উরক্লি।

মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা করি লৈবগে ? শিংলিন্দা চেল্লিবা

ঐ মী খুদিংদা মান্নবা শাবনি। অরাম-খৌরাংবা মান্নবা লৈবনি। ঐনা ইচাবু নুংশিবা অদুক মানস্থ মচাবু নুংশিবনি। ঐঙোন্দা খাবা অদু মঙোন্দা খুমগদবা নত্তে; ঐঙোন্দা ইংবা পোৎনা মঙোন্দা অশাবা পোৎ ওইগদবা নত্তে। অদুম ওইনমক মানা মীবু চরা হেনহল্লগা ঐনস্থ মীবু চরাকেলহন্নবা লম্বি শেমগদবা নত্তে।

পুনশি অসি লাইবক্তা থাদোক্কদবা নত্তে। মাগুম্না অমদি মঙোন্দগী হেন্না নোম্বা কল্লবা ঐহাক্না, মঙোন্দগী হেন্না ত্তোন্না-নংনা-ব্রাৎনা-লায়রনা-মীখাপোন্না হিংলিবগী মরম করিনো? লাইবক্তগী রা নত্তবা মরম কয়ামুক লৈতবা নত্তে। হিরম অসিদা নৈনবগী কান্নবদু লাইরবা-চরাহেল্লবা মীতগী রা নত্তে, নুঙাই-য়াইফবা মীগীস্থ অফবা ওইগদবা রাকম্বি; মীয়ামনা থীন্দনা খন্ন-নৈনদবা য়াত্রবনি।

হৌজিক্কী পথিবী অসি গণতন্ত্রগী যুগনি—মীয়ামগী মহুৎ-শিনবশিংনা মীয়ামগী নুঙাই-য়াইফবা ওইনবগীদমক শাসন তৌবা অসি হৌজিক্কী মতমদা মসিনা মফরে হায়দুনা চৎনরক্নি। তশেংনমকস্থ, লৈপাকঙাকপা হায়বসি মখল অমা নত্রগা অমগী মওংদা মী খরগী খুত্তা শিন্নবা তাবনি। হৌজিক ফাওবদা, মীয়াম্না খনবা মী খরনা মহুৎশিনবা ওইনা শাসন তৌবা অসি নত্তবা হেন্না ফবা শাসনগী মওং অমা মীয়াম্না খঙক্না লৈত্রি। লৈপাক অমা নত্রগা অমদা গণতন্ত্র অসি মওং অমদা নত্রগা অমদা লৈরি।

থোইদোক-হেন্দোক্লা মরু ওইরিবা অমদি, শাসনগী মওংদু অমবু ওইরবস্নু, অমবু ওইরবস্নু, শাসন তৌরিবা মীশিং হায়বদি শাসকশিং অদুনি। লৈপাক্কী লমজিংবশিংনা লৈপাকপু মাঙহনবা নল্লগা শেমগৎপা ঙম্মী হায়বসি অনৌবা ৱা নত্তে। শাসকশিংনা নিঙথিনবু শাসন তৌরবদি মীয়াম্বু মুঙাইহনবা ঙম্মী হায়বসি লৈপাক কয়াদা উবা ফংলক্লি।

অমরোমদা, গণতন্ত্র হায়বসি মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ ওইবা শাসন অদুনি হায়বা য়াই। থায়নগী নিংথৌরেলশিংগী মরক্তা মীয়ামগী চাউখৎ-মুঙাই ওইনবা শাসন তৌখিবশিংবু হৌজিক ফাওবদা মীয়াম্না কাউনদ্রি।

গণতন্ত্রদা খ্বাইদগী মরুওইবা অমদি মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইবা শাসকশিংবু খনবা অদুনি। মীয়াম্বু তশেংনা মুংশিবা মীশিং অদু কনা কনানো হায়বদু মীয়ামগী মরক্তগী মীশক থিরগা মখোয়বু সরকার পায়নবা খনবা তাবনি শাসক অমা ওইগে হায়রবদি মীয়ামগী অৱা-মুঙাই পুক্নমক্তা মপুং ফানা শরুক য়াবা তাবনি।

শাসক অমা ওইগে হায়না চোংথোরক্লবদি মীয়াম্না চরাহেনবদা মহাকস্তু শরুক য়াবা তাই; মীয়াম্না শেত্তবদা মহাকস্তু য়াওবা তাবনি। শাসকশিংনা শক্তি পায়দুনা মশাগী হেন্না মুঙাইনবা মীয়াম্বু নমথাক তৌবসি য়াম্না তোয়না থোকপা উরি। মানা পুকথন্না চারবদা, মী পুক্নমক অসি পুক থল্লবোই

মিঙবা অদুগুম্বা মীশিংবু গণতন্ত্রদা মীয়ামগী মহুৎশিনবা শাসক ওইহনবা পাম্বা কনাস্থ লৈতবনি।

মীয়ামগী পুনশিগা অমত্তা ওইনা পুনশি লেনবা মীশিংবু শাসন পূহল্লবতদা মীয়ামগী তশেংবা চাউখৎ-মুঙাইবা ওইবদু ফংগদবনি।

অফবা শাসক ফংদবনা গণতন্ত্র অসিদা মী অমগা অমগা মান্নদবা অসি অহোয়নদুম হেনগৎলক্লি। মসিগী অচুম্বদু মীয়াম লৈরিবা মফম-মফমদা, খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা য়েংলবদি হেক্তা খঙবা-উবা ঙম নি।

নঙনা মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইদুনা শাসন পবা য়াওরগনি হায়দুনা চোংথোক্লক্লিবা অসিবু নঙগী মতিকচাবা করি করি লৈরবগে?

নঙনা মীয়াম্বু মুংশি, মীয়ামগী চাউখৎ-মুঙাই ওইনবা তৌগনি হায়বসি, নঙগী পুনশিদা মীয়ামদা থাজনিঙাই ওইনা উৎলবরা?

চরাহেনবগী মরক্তা নহাক নোংমতা ওইরবস্থ চরা হেনগনা য়েংলবরা?

শেৎনিঙাই ফংদবশিংগী মরক্তা নিংথমথাগী অহিংদা ঈংনা লেন্দুনা লৈরক্লবরা?

লৌরুক্তা লৌউবশিংগী মরক্তা য়াওদুনা লৈখোমদা কুম-দুনা লৌলিংবা য়াওরুরবরা?

মচানা নারবদা, মতিকচাবা লায়য়েং পীবা ঙমজ্রতুনা লায়রনা-নংনা শিগ্রবা অঙাংগী মপা নত্রগা মমা অদু নঙমক্লি হায়না অমুক্তং খন্দুনা য়েংলবরা ?

মৈনা পোক্ত্রিবা অঙাংনা মৈবু শাই হায়বা খংদেবদগী মৈবু পায়বা কিদে; পায়তুনা য়েংলবদা শাই হায়বা খঙলবদা মৈবু পায়য়ু হায়বা য়াদে। হাবখেঙননা মীয়ামগী অরা-অনা, লায়র-অনং খিবিকপু খঙলবা, মীয়ামগী খুদোংথিবা পুক্সবু কোক্লবা হোৎনবগী মতিকচাবা গুণ লেরবা মীশিংবু সরকার পায়বদা য়াওহন্নবা খনবা তাবনি।

লায়রবগী মৈশাবু, মশানা লায়রবগী পুনশিদা হিক্লহুনা, অসুম্না তৌই হায়বা খঙলবদা, মশানা লায়রবা-নংবা পামদবতা নত্তনা মীয়াম্না লায়রনা-নংনা-রানা পুনশি লেনববু পামজ্রবা মীতু শাসক অমা ওইবগী গুণ চেল্লবনি।

শেঙ্গা-যুমজা তৌবন মাঙওইনরবা মীশিংবু হন্না হন্না শাসক ওইহনবা তারবদি মতু মীয়াম্না মশাগী থম্মোয়দা থাঙনা থিনজবনি।

মশাগী ওইজবা থাদোকপদা, মীগী মতেং পাংবদা, পিথোকপদা, পুন্নমক্তা অহেনবা ওইহদু শাসক অমা ওইগে হায়রবদি তঙাইফদ্রবনি। মঙোন্দগী মতেং অমদা মত্রগা অমদা অমুকহন্না ফংগনি হায়বগী রাখলগা লোয়ননা মীবু মতেং পাংবা, পিথোকপা, তজুদি মী খুদিংমক তৌনরিরনি।

তশেংনমক্তি, অশেংবা মতেংদা, দানদা অমুক হন্নকপগী ব্রাখল থাদোক্কদবনি। হন্নকপগী ব্রাখলবু চেল্লিবা মখৈদি, মতু মশাগী ওইজবা থিবনি, মপুংফাবা স্বার্থনি। ব্রাফমশিং অসি মুন্না নৈনদুনা মীয়াম্না শাসকশিংবু খনগদবা ওই।

তশেংনা মীয়াম্বু নুংশিবা, থবক ওইনা লায়বা মীয়াম্বু নুঙাই-য়াইফনবা তৌবা, নীতি লৈবা, অচুম্বা চংপা শাসক পুথোকপা ঙমদবা অসি মীয়ামগী অচৌবা মরাল অমনি।

মীশক চুম্না খনবদা দরকার ওইবা ব্রাফম অমম্ব লৈরি। ফত্তবা উহৈ পানবা ফত্তবা উ লৈতে হায়বসি অচুম্বনি। উহৈ অদুগী অফ-ফত্তা মতুংইন্না উ অদুবু মশক খঙই। মানা-মানা তৌথোরকপা থবক অদুগী অফ-ফত্তা য়েংলগা মী অদুবু মশক খঙই। অফবা মীনা অফবা তৌই; ফত্তবা মীনা ফত্তবা তৌই। মসি থোইদোকপা অনৌবা ব্রা নত্তে।

মীয়াম্বু নুংশিবা মীনা মীয়ামগী ফনবা তৌই; মীয়াম্বু নুংশিদবা মীনা মীয়ামগী মাঙনবা তৌই; মসি তৌথোরকপা থবক অদুদগী খঙই; চিন্না ঙাঙবনা, ব্রাশকপনা চংনদে।

মীওইবা জাতীবু তশেংনা নুংশিবা মী অদুনা, মতমচুপ্পদা, অরাবগা লোয়ননা রামিন্নবা, মীগী লায়র-অনংবু মশামক্তা ওইবগুম শরুক য়াবা, নুঙাইবা ফংদ্রবা ব্রারবা মীদা করিগুম্বদা থোঙ থিংজিনবা তৌদবা, মীয়াম পুম্নমক্কা মান্নবা নুঙাইমিন্নবা পাম্বা, পূকচেল চাউবা ওইগদবনি।

মী য়ামগী গণতন্ত্র অসিদা, থোইদোক্লা মীয়ামগী হেন্না-হেন্না ফিভম ফংচিল্লক্কনবগী মরুওইবা মরম অমদি শাসনগী থবক-পুনবা থল্লবা মীওইশিংগী মরক্তা মীয়াম্বু মুংশিবদগী মশাগী ওইজবা অনাদি শক্তিবুনা হেন্না মুংশিবা য়াম্না য়াওরকপা অদুনি।

মীয়ামগী মহুৎ শিন্দূনা মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফনবা থবক তৌগনি, লৈপাক্কীদমক্তা পুনশি অসি কথোক্লবনি হায়দুনা চো থোরক্লবা মী অদুনা, মাগী হৌখিবা পুনশিদা, মীয়ামবু অমদি সমাজবু মুংশিরকপা মীরা হায়বদুসু মীয়াম্না খঙদবা য়াদবনি: মীয়ামগী মীত্তা উৎ চাইদুনা, চিন কয়া থিদুনা, রাশক কয়া শক্কুনা, থাজবা কয়া পোকহন্দুনা, শাসন পায়বা মী অমা ওইথ্রগা তৌথোরকপা থবক্তা মীয়াম। মাঙতাবরগী ওইবা শাসক কয়াবু মীয়াম্না তোয়না-তোয়না উবা ফংলক্লি। শেলগী শক্তি শিজিন্নদুনা মতমকুইনা শাসন পায়নবা হোৎনবা, অচান-মীরাই নাইবা, শেঙ্গা-থুমজা তৌবা অসিনা খুৎলায় ওইদুনা মীয়ামগী মুংশিবা ফংনবা তৌবা অসিদি তশেংনমক গণতন্ত্রগী য়েক্লবনি—মতমচুপ্পা মীয়াম্বু পঙথহন্দূনা থম্নবনি।

মীয়াম্না সরকার পায়নবা মীহুৎ খনবদা থোইদোক্লা মী মশক য়াম্না মুন্না খঙগদবনি। মহাক্না মীওইনা পোকপগী সমাজগী করি পাঙথোক্লবগে হায়বদু ঐখোয়না হংবা তাই, নিংথিনা খঙবা তাই। মহাক্না নোংমতসু মপূকতিংনা কনা-গুম্বনা দান অমতসু তৌখিদ্রিবা ওইরবদি, মতুংদা মানা শাসন

তৌবা য়াওরবদা মীয়ামগী ফনবা য়াম্না তৌরকনি হায়বসি থাজবদা রাম্নবা রাকপ্লি। মাগীতা ওইজবা থিদ্রুনা, মীয়াম্বু সুংশিবা শাজিন্নদ্রুনা, দানবীর অমদি স্বার্থত্যাগী ওইবা অতুনদি শাসক অমা ওইবগী খ্বাইদগী তমথিরবা, ওম্ন-তৈনরবা থৌওংনি হায়না লৌদবা য়াদে। অসিগুম্বা মীওইশিংসি মীয়াম্না থোইদোক-হেনদোক্লা চেকশিন্না মশক খঙ্গদবনি অমসুং খন্দোক্তুনা থমগদবনি।

লায়রবা-অনংবা অসি চহি-চহি খুদিংগী অসুম-অসুম হেনজিল্লক্লি হায়বসি মীয়াম্না নিঙথিনা খঙলবনি। লাম্লবা মীয়াম্না চানিঙাই-শেৎনিঙাই লতবগী রাবসি গণতন্ত্রগী শাসনদা পরপ-পরপ খুমাঙ চাওশিল্লক্লি।

মীয়াম্না, শাসক ওইগদবা মীশিংগী করি করি গুণ চেনবা হৌনবগে হায়বদু কুপ্না-চিত্থদনা নৈনদুনা, মীয়ামগী ফনবা তৌগদবা মীবু সরকার পায়নবা খনবা তাবনি।

চহি কয়া-কয়া হৌখরে, মীয়ামগী ফিভম — চরাহেনবা, শেত্তবা থোইনা হেনজিল্লক্লি ; অদুমওইনমক, মীয়াম্না গণতন্ত্রবু মীয়ামগী মোংফম্নি হায়না খনগদবদি নত্তে। মীয়াম্না, মশাগী ওইজবা থিবা, শক্তি পাম্বা মীশিংবু শাসক ওইনা খনবগী মহৈদি চরাহেল্লবা, ফিশেত্রবা ফিভম ওইবদু ফংবা তাবনি।

পুম্নমক্না গণতন্ত্র পাম্বনি, মীয়ামগী মান্নবা য়াইফ-মুঙাই পুরক্কনি হায়বনি। থোইদোক্লা চেকশিনগদবদি মীশকশিং অদুনি। লুচিংবা অমনা জাতী অমবু শেমগৎলি নত্রগা মাঙহল্লি

হায়বসি য়াম্না চুমথ্রবা রানি। লৈপাক মীয়ামগী চাওখৎ-মুঙাইগী রাকম অসি শাসন পুনবা খল্লবা মীশিং অদুগী মখুত্তা লোয়নমকপু লৈরবনি হায়বস্থ য়াবা লৈ।

মীশক লাম্না-লাম্না শাসক ওইনবা খল্লুবদগী লৈপাক কয়াগী মীয়ামশিংনা মপাম্নাইদনা রাবা কয়া পৃথিবীগী ইতিহাসতা উবা ফংলক্লিবসিনি "মরক-মরক্তা।

মীয়ামগী খ্বাইদগী হেন্না মাঙ-তাক্লবা তৌবা ঙম্বসি শাসক ওইরিবশিং অদুনা মহেল্লে। মীয়ামগীদমক্তা খ্বাইদগী হেন্না মুঙাই-য়াইফনবা তৌবা ঙম্বস্থ শাস্নকশিং অদুনি। মসিদি হৌজিক্কী গণতন্ত্রগী মহৌশা ওইনা লৈরবনি।

মতম-মতমগী তৌথোরকপা থবকশিংদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—শাসকশিংনা করি-করিগুম্বা মতমদা মীয়ামগী খ্বাইদগী ফরবা অমদি চাউরবা মরুপ ওই, করিগুম্বদনা খ্বায়দগী হেন্না চাউরবা য়েক্লবা ওইবস্থ য়াওই। অদুগা, মখোয়তনা মীয়াম্বু খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা উংনবগী খুদোংচাবা ফংই হায়বদস্থ থোইনা লানবা নত্তে। খুদোংচাবা অসি লৈবনা মীয়ামগী মরক্তা শাসক ওইনিংবা মী কয়ামুক চোঙথোক্লরক্লিবনি।

গণতন্ত্র লিংলিবসি মীয়াম্না পাম্বগী মতুংইন্না ওইরিবনি—মীয়াম্বু খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা মীবু শাসক ওইহন্নবা শিল্লিবা থৌরাং অদু গণতন্ত্রনি।

মীয়াম্বু মুংশিবা মীগী মরুওইবা গুণ অমা চঙই। মহাক্না মীয়াম মাম্নবা মুঙাইবা হায়বসি পাম্বা তাই। মহাক্কা মীয়ামগা

লৈনরিবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরিদু করিনো হায়বা খঙদুনা থবক চথবা তাই। মশানা মশাবু নুংশিবগুম চপমান্নবা মীয়াম্বু নুংশিবা তাই। মীয়াম্না উনাগী খাঙপোকশঙদা নোং-নুংশিৎ-নুংশা খাঙদুনা ৱানা লৈরগা মহাক্না নুঙাইরবা য়ুমদা ঈচিক-ছুম্না তুমদুনা লৈফম থোক্তে; মীয়াম্না চানিংঙাই-থরিঙাই লৈতদুনা পূকশিৎনা চরমকংদুনা লাম্না-খোঁরাংনা লৈরগা মহাক্না অহাওবমখৈ পূক-পেনা চাদুনা লৈফম থোক্তে; মহাক্না মীয়াম্বু তশেংনা, য়াম্না মনুংহুনজিন্না নুংশিগদবনি, মহাক্না মীয়ামগা চপমান্নবনি, অমত্তনি হায়বদু উৎকদবনি। মশাবু, মীয়ামবু, মরৈপাকপূ খেন্নবা লৈতনা, মান্নবা নুংশিবা ঙম্বা মহাক্তুতবু মীয়াম্বু তশেংনা নুংশিরবা মীনি হায়বা য়ারে।

মহাক্কী, মতমচুপ্পগী ওইবা, চাবদা-শেৎপদা-তুম্বদা-হিপ্পদা-চৎপদা, পুনশিগী মীকুপ খুদিংগী ওইবা শোয়দ্রবা অমদি লেঙদ্রবা মন্ত্রদি লায়বা মীয়াম্না ঐখোয়গী ঈশ্বরনি হায়বসিনি। মসিনি মাগী লাইশোল, মসিনি মাগী পুনশিংগী সাধনা! মতম অসিতদা ফাওগনি মাগী মায়থোংদা মঙাল অমা— মীয়াম্বু তশেংনা নুংশিবগী; মহাক্কী খোল্লাও মীয়ামগী খোল্লাওগা তিন্নগনি—মহাক্কী থবক, মীয়ামগী থবক্কা অমত্তা ওইন তিন্নগনি! মতম অদুদা ওইগনি—মহাক্না তৌথোরকপা থবক, মহাকনা ঙাঙথোরকপা ৱাঙাং পূম্নমক লায়বা মীয়ামগী তীর্থ, তাইবং-তীর্থ।

মসিগী ওন্না-তৈনবদা,/ শাসকাশিংনা মায়ামগা চাওখং-মুঙাইগী থবকশিং তৌবগী মিংদা করপসন হায়বদি শেনজা-থুমজা তৌবনচিংবা অসিবু ফত্তবা লমচৎ নত্তে হায়না লৌদনবা কন্না হোৎনরকপদু থেংনরি—লায়রবা-নংলবা, চানি-ঙাই-শেৎনিঙাই লৈত্রবা অসিগা করপসন তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা পুনশি লেনবদু অচুম্বা লম্বীনি হায়না মীয়ামদা কন্না শন্দোরক্লি ।

করপসন তৌবসিবু ফত্তবা লমচৎনি হায়না লৌদনবা মীয়ামদা পাক্লা চাউনা শন্দোরক্লিবা অসিদা মীয়ামনা তূমদুনা লৈরবদি চাবা-শেংপা ফংদ্রিবদু মতমচুপ্পগী অদুম লৈবা শোয়দ্রবনি ।

শক্তি অমস্তুং শেল শিজিন্নদুনা মীয়াম্বু পঙথহন্দুনা থম্বদগী, থবক ওইনদি পাংথোক্কনা লায়রবা কোকহনগনি হায়দুনা হন্না-হন্না মচিল চোম্বদুদা শুমহত্তুনা লায়রনা-নংনা, চাদনা-শেত্তনা মীয়াম্না খাঙলি, লৈরি । শাসকশিংনা মসিবু মখোয়গী শাসন হৈবগী মহৈ হায়না হরাউরি ।

---

## ২

কনানো ! মীয়ামগী য়েৎরুবা, লাম্লবা মীয়ামগী য়েক্লবা কনানো ?

য়েক্লবা মশক খঙউ ।

মীয়াম্না হিংঙ্গুনা লৈবা ঙম্নবগীদমক্তা মীয়ামগী য়েক্লবা কনানো হায়বা মশক খঙদবা য়াদবনি । য়েক্লবা মশক খঙজুনা য়েক্লবা মাঙহনবতনা লাম্লবা মীয়াম্না হিংজুনা লৈনবগী তঙাই-ফত্রবা পাম্বৈনি ।

য়েক্সবা হায়রগা লম্নাইগী ওইনা মুংশিনদবা—য়ানদবা অদুবু খণ্ডনগদবা নত্তে। খন্নগদবা রাফমদি লৈপাক্কী ওইবা, লৈপাক্কী ওইনা য়েক্সবা কনানো হায়বদুনি। লাম্লবা মীয়াম্না চেক-শিন্নগদবদি লৈপাক্কী ওইনা খুদোংথিরবা অমদি থোইদোক্লা অকিবগী মশক ওইরবা য়েক্সবা মশল অমা লৈরিবসিনি। লৈপাক ডাকপগী খুজ্জি পায়রিবা হায়বদি লৈপাক্কী শাসক ওইবা মীশিং অদুনা লাম্লবশিংগী স্বার্থগী মাইয়োক্তা থবক তৌরকপা অধুনি খাইদগী চাউবা য়েক্সবা! লৈপাক্কী য়েক্সবা, লাম্লবা মীয়ামগী য়েক্সবা!

মী অমনা লম্নাই ওইনা লাম্লবা মীয়ামগী মাঙনবা তৌবদি অরাইবা নত্তে; অদুগা শাসকশিংনা লৈপাক মীয়ামগী মাঙনববু তৌগে হায়রবদি ইন্সায়-লায়না পাঙথোকপা য়াই। লাম্লবা মীয়ামগী ফনবা তৌদবা, লৈপাক্কী মাঙ-তাক্সবা ওইবা থবক তৌবা শাসকশিং অদুনি লাম্লবা মীয়ামগী য়েক্সবদি। লাম্লবা মীয়ামগী য়েক্সবা শাসকশিংবু মীয়াম্না পন্দনা মাঙহনবা তাবনি।

গণতন্ত্রদা, শাসন পায়নবা মীয়ামগী মহুৎশিনবা খনবগী মতমদা, থোক্নদোক্লা চেকশিলহোগদবদি, লাম্লবা মীয়ামগী মাঙ-তাক্সবা থবক তৌরক্লোইদবা মীশকশিংবু খনবদুনি।

সরকারগী হুকুম অমনা নত্রগা কয়ানা লাম্লবা মীয়ামগী চরাহেম্নবা অমদি শিনবা মরম ওইবস্থু য়াবনা লাম্লবা মীয়ামগী স্বার্থগী মাইয়োক্তা থবক তৌরকপা শাসকশিংবু মতিকচাবা দণ্ড পিনবা আইন থম্মসি, গণতন্ত্র মপুংফানা থম্নবগীদমক্তা পাঙথোক্কবা য়াদ্রবনি। অসিগুম্বা আইন অসি লৈত্রবদি

সরকারনা মীয়ামগী মাঙতাক্লনবা তোয়না-তোয়ননা তৌরকপা য়াই।

মীয়ামগী য়েক্লবা ওইবা শাসকশিংবু মতিকচাবা দণ্ড পিনবা আইন থম্বসি থোইদোক্লা গণতন্ত্রগী মহৈ য়ানবা ওইগনি।

মী অমনা মী অমবু হাৎলবদি হাৎলিবা মী অদুদা শিনবগী দণ্ড পিবদা করিস্স অকায়বা লৈতে থল্লবদা, মী অমনা মাগী হুকুমনা নত্রগা অতৈ উপায়না মীয়াম্বু হাৎলবদি নত্রগা শিনবা মরম ওইরবদি মী অদুবু শিনবগী দণ্ড পিবদা থোই-দোক্লা গণতন্ত্রগী মশক ফজবা ওইফম থোকপনি।

মতমচুপ্পদা গণতন্ত্র মপুংফানা লৈনবা, শাসন পায়বা মীয়ামগী মহুৎশিনবা মীশিংনা মীয়ামগী মাঙ-তারবা তৌরবদি লৈপাক্কী আইনগী মতুংইন্না শিবগী দণ্ড ফাওবা ফংজবদা অরানবা করিস্স লৈতে হায়বসি ঐখোয়না খঙফম থোকপনি।

মীচঙ য়াম্বনা শাসন পায়বা অদুবু মপুংফারবা গণতন্ত্রনি হায়না লৌবা চুমদে।

মীয়াম পূম্নমক মান্ননা শিংবস্স ওইথোকপা নত্তে। অশিংবনা অপঙববু হোইদুনা পুরগা মীয়ামগী শাসন হায়বদু মস্তম তৌবা হৌনৈ খন্দোকপা লাল্লি।

তঙাইফদনা, লাম্লবা মীয়ামগী য়েক্লবা কনা-কনানো হায়বদু খঙদবা য়াদবনি।

গণতন্ত্রদা মীয়াম্না পামদে—অসিগুম্বা শাসন, লাম্লবা মীয়াম্না নোংম - নোংমগী হেন্না - হেন্না লায়রশিল্লকপা,

চানিঙাই-শেংনিঙাই হেন্না ৱাংশিল্লকপা, ইনাকখুনবনা হেন্না-হেন্না মুঙায়বা হেনগৎলকপা, চিরোল তৌবা—মীনম্বা—নমথাক-তৌবা—ওইদবাঙাংবা মীশিংনা থোইদোক্লা মরল-মথুম পৈশিনবা ঙমশিল্লকপা, কন্না শু-নোম্বা লায়রবা মীয়াম্না পুকথন্না চারম্বদগী থোইনা-হেন্না শু-নোমদুনস্থ পুকথন্না চানবা ফংবা ঙমশিল্লকুবা অসিগুম্বা মীয়ামগী য়েক্রবা ওইরবা শাসন অদু গণতন্ত্রগী ওন্ন-তৈনবনি। মস্থন্না ওইবসি লাম্লবা মীয়াম্না পামদ্রবা শাসক-শিংগী ঙাকপিনিঙাই ওইদ্রবা চাউরবা মরাম্নি।

গণতন্ত্রদা মীয়াম্না আশা তৌবদি—গণতন্ত্রগী শাসনগী মখাদা লায়রবা-ইনাকখুনবা খায়দনা চপমান্ননা চানবা-শেংনবা লেম্না-পানা ফংবা ঙম্ফম থোকই হায়বসিনি। মহৌশাদগী হেন্না পোৎথোক হেনগংনবা থোরাং তৌদুনা গণতন্ত্রগী মখাদা, অনৌবা পুনশিগী মঙাল অমা ফংলগনি হায়না লাম্লবা মীয়াম্না আশা চাউনা লৈবদু মঙফা-ওনবা ঙমদ্রি।

পৃথিবীগী লৈপাক খরদা গণতন্ত্রগী মরুহুনবদি মহৈ-মরোং চুমনা অতোপ্পা লৈপাক কয়ানস্থ মুঙাই-য়াইফবা-মরাংকায়বা অদুগী শরুক খরা ফংবস্থ য়াওখ্রে। গণতন্ত্র খরদদি মীয়াম্না শেন্ত-চাদবগী চাং অসি অস্থম হেনগৎলক্লি। মসি অমরোমদা মীয়ামগী অশোনবা অমদি অশোয়বনি হায়না লৌবা য়াই; অদুগা অমরোমদদি মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইনা খল্লবা শাসক-শিংনা পীনবা মহৈনি হায়না লৌবা তাই। মহৌশাদগী পুক-থন্না চারকপা অদু হৌজিক অসিদস্থ অদুম পুকথন্না চাবা

ফংজগে হায়বা লায়বা মীয়ামগী খোল্লাওসি নেমথরকপগী মহুত্তা অহোয়নত্তম হেনগৎলক্লি। মীয়ামগী চরাহেন্নবা ওইরবা গণতন্ত্র-য়েক্লবা কনানা শো শাত্তুনা অসুক য়াম্না লৈখাতারবা মওংদা লৈরিবনো ?

শাসন পায়বশিংত্তু মশাগী ওইজ'থাদোকপা মীতা ভাক্তা ওইরক্নসু য়াই ; অত্তুম ওইনমক মখোয়না ইনাকখুনবা, শেঙ্গাউ পায়বা, চাউনা লল্লোনবা মীশিংগা মশা-মশাগী ওইজবা থিবদা লায়বা মীয়াম্বু ওৎনৈবত্তুদি থাদোকহনবা ঙমদ্রি। চাদবনা শোম্বরবা লায়বা মীয়াম্না তুমত্তুনা লৈবনা গণতন্ত্রগী কায়বা-সুঙাইবা অত্তু ইনাকখুনবশিংতনা অমদি শাসকশিংতনা খংবা মঙাইরি।

লায়য়রবা-লায়বা মীয়ামগী ঈনা ইনাকখুনবশিংগী য়ুমথক্তা নোং ওইনা চুথরক্লিবদি শাসকশিংনা ইচিকহুন্না তুমত্তুনা লৈ-থোকপা য়ারোই।

মীয়ামগী য়েক্লবা কনানো হায়বত্তু মীয়াম্না থিদনা তুম্মিন্না লৈথোক্লবদি গণতন্ত্রগী য়ুগ অসিদদি মী ওইনা হিংনবগী উপায় ফংক্ম লৈত্রবনি। গণতন্ত্রনা মপুংফানা হিংত্তুনা লৈবা ঙমগদবদি মীয়ামগী মপান্তননি ; মীয়াম্না মীয়ামগী শক্তিবু মশক খঙদনা লৈরিবমখৈদি মীয়ামগীনি হায়রিবা গণতন্ত্র অসি শাসন পায়বা খরতগী ওইত্তুনা লৈরগদবনি।

খঙদবা হায়বসি চাউরবা মরাল অমনি ; খঙদবদগী মতিক চাবা অরাবা ফংলোইদবা নত্তে। লায়বা মীয়াম্না রারিবা

অসি করম্না ওইরিবনো হায়বদু মীয়াম্না খণ্ডনা কুইনা লৈরকপনা রারিবা, নংলিবা, চরাহেল্লিবা, শোথরিবা, শোম্থরিবা পুম্নমকসি ওইরিবনি।

লায়রবগী মরম খণ্ডলবদি লায়রবদু কোক্লবা হোংনবদি লুনা থোক্কদবা নত্তে। লায়রবা মীয়াম্না করি মরমদগী মতম-কুইনা লায়রনা লৈরিবনো! হেন্না-হেন্না লায়রশিল্লক্লিবা অসি করম্না ওইরিবনো! মসি ডাকথোক্লবা করি উপায় লৈবনো! মীয়াম্না খণ্ডনা লৈরিবসিনা করম্না ওইরিবনো! খম্থুদুনা-নৈনদুনা য়েংবা তাই।

মীওইবগী সমাজনা হৌরকপদা লায়রবা হায়বসি লৈরম্বা নত্তে। অহানবা য়ুমপানবা হৌবদা ইমুং লিংবা, খুঙ্গংগী য়ুম্থান ওইরকপা অদুগা সহর শেমগৎলকপা অসি মথং-মথং ওইরকপনি। পৃথিবীসিদা মীশিং য়াম্না লৈত্রিঙৈদা মরাংকায়না লৌউনবা লৌবুক লৈরম্মী; শেৎনবা, লৈনবা অসিগী থোইদোকপা অরাবা লৈরমদে। পুম্নমক্না চানবা-শেৎনবা-লৈনবা অসি মান্ননা, মখোয়গী দরকার লৈবদু কোন্ননা, লেমপানা ফংনরম্বা ডাক্তনি।

মমৈথংদা য়ুগ খরদংগী মমাঙদা, মীশিংনা য়ামখৎলক্লবদা, অমনা অমবু নমথদুনা, নৈহৎপিদুনা মপুওইবা, মীনাইওইবা অসিগী মওং অদু ওইরকখি। নোংম-নোংমগী মশিং হেনগৎ-লক্লিবা মীওইবা সমাজনা মথং-মথং চত্থরক্কুনা হৌজিক ওই-রিবা ফিভম অসি হৌরকপা ফাওবগী রারীদি ইতিহাসকী পাক-চাউরবা রাফম্নি।

হৌজিক-হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদা, মীয়ামনা খঙগদবদি—অরৈবা-লৈতবা, লায়রবা-ইনাকখুনবা হায়বসি মীওই-বগী ইতিহাসতা ইকুই-কুইদ্রিবা মতমদা, মীয়ামগী য়েরবা মীওই খরতনা ওইহনখিবনি। মীয়ামনা পাম্লিবদি মীয়ামগী য়েক্লবা পুম্নবু থীন্দনা মাঙহনবা হায়বদি মখোয়গী থবকশিংদু মরুয়াওনা ফুকতোকপা অদুনি।

মীয়ামগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবা হায়ববু অরৈবা অমসুং লৈতবা অনিগী মরক্তা মপান্নাইদনা থোইদোক-হেন্দোক্লা খেন্নবা লৈরিবা, মসিবু য়োকখত্নবা থম্বা শাসক অদুনি। অদুনা মীয়ামগী য়েক্লবা ওইবা পুম্নমক অদুবু মীয়াম্না পন্দনা মাঙহনবা পাম্বদি মশানা তাবনি।

মতমকুইনা লৈরবা মীয়ামগী য়েরবা ওইবশিং অদুবু মতম খরদংগী মনুংদা মরুয়াওনা ফুক্তোক্কুনা মাঙহনবা হায়বসি মীয়ামগী অপূনবা শক্তিগী মফমদা থোইনা লুবা নত্তে।

মীয়াম্না য়ানবনি হায়তনা মীয়াম্বু খোন্দুনা লায়রবা-ইনাকখুনবা অনিগী খেন্নরিবা, অরৈবা লৈতবা অসিগী থোই-দোক্লা মান্নদ্রিবা ফিভমশিং অসি কোকহনগনি হায়বগী খোল্লাও অসিনা মীয়ামগী নাকোংসি পঙশিনগদৌরে; অদুবু ওন্ন-তৈনন্না খেন্নবা অসি যোইদোক্তুন হেনজিনক্লি।

সরকারগী থৌরাং-থৌওং-থৌদৌ মীয়ামগী নুঙাই-য়াইফনবা পেন্নবা ওইবগী মহুত্তা হেন্না-হেন্না শেংনবা-চানবা রাংশিল্লরবগী মরম ওইরি।

মীয়াম্না পন্থদনা পাল্লিবদি থবক ওইনা পাওথোকপা অঙ্গনি; মতম কক্তবা রাশক, থৌরাং-থৌশিল অদুনা মীয়াম্বু পেলহনবা ওম্বগী মতম অদু হৌখরে।

শাসকশিংনা শক্তিতবু মুংশিদুনা লৈবনা মীয়ামগী পুনশিদগী থাগ্গোক্লা লৈখরে; মীয়ামগী মহুৎশিনবনি হায়বা কাউথোকখরে। ওইরম্মোইদবা থৌরাং, পাওথোক্লরোইদবা রা ঙাওদুনা মীয়াম্বু পওথহন্দুনা শক্তি পায়রগা মশাগী ওইজবা থিদুনা শাসকশিংনা মরাচেৎনা লৈনবা, মখোয়মখৈ মুঙাইনা পাম্নবা হোৎনরিবা অহু লাম্লবশিংনা খঙদ-উদবদি নত্তে।

মীয়ামগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফিভম—পূকথম্না চাবা ফংদবা, চরাহেনবা, লৈফম লৈতবা পুম্নমকসিদা শাসকশিংনা হরাউরি। ইনাকখুনবশিংগী হেন্না-হেন্না মরাচেৎনবা ওইবা গণতন্ত্রগী শাসন অসিদা লায়র-অনংশিংদি থক্ত-চাদবনা পূক্লি পায়দুনা অরাম-খৌরাংবা কয়া অসুক্কী মতিক রানা থাওলি। শাসকশিংনা থল্লি—মীয়ামদি মতমচুপ্পদা শোম্থদুনা, চাবা শেৎপা কোম্নদনা, অরা অনা কয়া খাওহনা লৈগদবনি, মসি মহৌশাদগী চৎনরক্লবনি, মীয়ামগী লাইবক্তা তম্নবনি, হোংদোকপা চুমদ্রবনি।

চিনগা চেগা অসিতদা ফজবা গণতন্ত্র অসিদা লল লৈবা শেঙ্গাও পায়বশিংগী মতোল ওইরি। অতৎপা লৈতনা, থোইদোক্লা থাজহনবগী খোম্থাংদা, মীয়ামগী লায়র-অনং কোক্লবা, অরৈ-লৈত অনিগী খেম্নরিবসি লৈতনবা থবক কয়া পাংথোকলি, থৌরাং কয়া তৌরি হায়দুনা চিম্না ঙাংবা চেদা

ইন্না অসিনা মতমকুইনা চখররক্লবদা মীয়াম্না অমুক মখাতান পাঙখত্নুনা কন্না কুইনা লৈবা ঙমগদগে। মীয়ামনা পান্নরি য়াশক লৌবা তপ্লিয়্, পাঙথোকপদা থুরিয়্ হায়বসিনি।

শোয়দনা, থুনমক থবক ওইনা পাঙথোকপা য়াবা লায়্রবা মীয়ামগী লায়্রবা কোরুবা মুঙাই-য়াইফগী থৌরাংদু গণতন্ত্রগী সরকারনা পুথোক্রপা ঙমদরি। মীয়ামগী য়ুম-য়ুমশিংগী চফু-উয়ানগী মনুংদা উবা ফংলি-গণতন্ত্রগী সরকারনা পীরিবা মীয়াম্না ফংজরিবা খুদোল। সরকারনা লায়্রর-অনংবু মুংশিরি, মীয়ামগী অরাবা কোরুবা থবক পাঙথোক্লি, অনৌবা থৌরাং কন্না তৌরি হায়দুনা মতমকুইনা লৈরকলি।

হৌজিক্কি লায়্রবা মীয়ামগী য়ুম-য়ুমশিংগী চাকখুমশিংদা চানবা লৈত্তবগী অরাবশিং অদুনা শীং ওইদুনা পেন্নদবগী মৈরিনা য়ুম খুদিংদা মৈরী রাংনা চাকখৎলক্লি। লায়্রবা মীয়ামগী মপান্নাইত্রবা বলিদানগী মমাঙদা, লায়্রবা মীয়ামগী মীৎকুৎশিন্নবগী মরম ওইরবা সরকারনা মতমকুইনা হিংদুনা লৈবা ঙমফম থোক্তে। মীয়ামগী পেন্নদবগী মৈরীনা চাক-থেকপা ঙমদবা করিগুম্বা মখলগী গণতন্ত্র নত্ত্রগা গণতন্ত্রগী সরকার অমত্তা ঙসিফাওবদা পৃথিবী অসিদা লৈখিদ্রি; মতুংদসু লৈরক্কদবা নত্তে।

হুরানবা অমনা লম্ছুম য়ান্না হুরাল্লমদুনা পৈশিন্দুনা থন্নবী; মতমগী মতুংইন্না অহল ওইরক্কুনা মহাক শিখরে। হুরানপোৎশিং

অহুবু লৈহৌরিবা মচামশুশিং অদুনা মপা মপুনা থুম্বিরম্বনি হায়না লৌহুনা শিজিন্নহুনা হুডাইথোক্লি। অনৌবা কয়ামস্থু হুরান্দুনা পৈশিল্লি। অসুম্না তৌবসিদা সরকারনা শৌগৎলি। হুরানপোৎনি হায়না লৌবগী মহুক্তা ঈশ্বরনা মখোয়দা পিনরবা পোৎনি হায়না লৌদুনা সরকারনা ঙাকশেনবিরি।

মীয়ামগী পোৎশিংবু হুরান্দুনা লৌখিবশিংসিবু লম্নাই মীওইগী ওইহন্দুনা থম্লিবসি শাসকশিংননি। হৌজিক হৌজিকস্থু মীয়ামগী পোৎশিংবু হুরানহন্দুনা পৈশিনহল্লি ইনাক-খুনবশিংদা—সরকারনা হুরানপোৎশিংনিবু খুলায়গী মপান্থাংহুনা ঙাকুনা থম্লি।

মীয়ামগী য়েক্লবা ওইরবা আইন কয়ানা মীয়াম্বু ওৎলৈরি —অনৌবা আইন কয়ামনস্থু মীয়াম্বু লেঙওৎপা ঙমদনবা পুনশিন্দুনা থম্নবা শিল্লি।

লাম্লবা মীয়াম্না হম্না-হম্না নৌহৌনা লাউদ্রুতনা লৈরি— মীয়ামনা মতমকুইনা চরাহেন্নকপগী রারীদগী খঙবা ঙম্মি— লাম্লবা মীয়ামগী, সমাজগী শাংলবা ইতিহাসনস্থু উৎলি—সমাজদা লায়রবা-ইনাকখুনবা, পুকথনবা-চরাহেনবা, অরৈবা-লৈতবা খায়-রিবসি হুরানবা-মীনম্বা-নয়থাকতৌবা মী কয়া য়াওরকপদগী ওইরিবনি। মপুওইবা-মীনাইওইবা হায়বনচিংবা সমাজদা লৈরিবসি মীয়ামগী য়েক্লবা কাঙবুনা হৌদোকপনি।

মী খুদিংমক মান্ননা পোকই। হিংলিঙৈগী মতমদা মান্নদবগী শক্লোন কয়া পুথোক্লিবসি মীয়ামগী য়েক্লবশিংনা

ওইহল্লিবনি। শুমিৎচুপ্পা রানা-পোথাদনা নোম্ববুনা চরাহেলহল্লি-ফমদুনা লৈববুনা পূকথন্না পিজে। লান্নবা মীয়াম্না অচুম্বা অমত্তং হেক তৌরকপদা সরকারনা নোংমৈগুলি পিজনবতা হোৎলৈ।

অসিগুম্বা মান্নদবগী থোঙথাং অসি নোংম-নোংমগী হেন-জিল্লক্লি। মীয়াম্না মতমকুইনা পঙথদুনা, ফংফম থোকপা অধিকার অদু ফংদদুনা লৈরক্লিবা অসি হৌজিক্তি মীয়াম্না খঙলে; অমুক পনবা তৌদনা মীয়াম্না য়েক্লবশিংবু মাঙহনবা তাবনি --মরু য়াওনা ফুক্তোক্তুনা পৃথিবীগী লৈমায়থক্তগী মূৎহনথ্রগদবনি।

মীওইবগী মতিকমগুণ, ইজ্জৎ, ঈকায়খুম্নবা, অচুম্বা, অরেপ্পা ওইনা অমগা-অমগা মান্ননা হিংমিন্নবা হায়বা অসিবু পামদ্রবা মীয়ামগী য়েক্লবশিংনা, মীয়ামগী মপান্নাইদনা পেন্নদ্রবা মতম-সিদা, হিংদুনা লৈবা ঙম্লরোই।

মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ থৌরাংনি হায়দুনা মতমকুইনা চপ্থরক্লবদা থোইদোকপা কান্নফম খঙদ্রবদি মথাতানা অমুক গণতন্ত্রদা সরকার অদুবু থাজদুনা মীয়াম্না লৈথোকপা ঙমগদবা নত্তে।

মীরোল অমদা, পুনশি অমদা পাঙথোকপা ঙমদ্রবা থৌরাং অদু মতমপুম্নমক্তসু ওইরগোইদবনি হায়বসি মীয়াম্না তশেংনা খঙই।

ইহাকথক্তদি ঙমদ্রে, মথংগী মীরোলদা, ইচা-ইগুশিংগী মতমদা শোয়দনমক মীয়ামগী য়াম্ননা মুঙাইবা থৌরাং তৌবা

ওল্লগনি হায়দুনা ইবা-ঙাংবা অদুদি তশেংনমক মীয়াম্বু নমথাক তৌবনি অমস্তং ওইথোকলরোইদবনি হায়না মশানা লৌবা তাবনি। চাবা-শেংপগী ৱাফম অসিদি মীরোল অমগী মতম চঙফম থোকপা নত্তে; চহি তরা-কুন্দা শোয়দনা হেক্তা লায়না পাঙথোকপা য়াবা থবক্নি।

শাসকশিংনা মতমগা চুনবা বৈজ্ঞানিক ওইবা থৌরাং তৌবা হৈত্রবদা নত্রগা মখোয়না মথরায় য়াওনা হোৎনদুনা মীয়াম পূন্নমক মান্ননা মুঙাইমিন্নবগীদমক থবক পাঙথোক্ত্রবদা মতম লেন্নবা হায়বদি মতম-মতমগী শক্তি পায়নবগী ওইনন্দা মতৌ মালহন্দুনা লৈরবদা, লাম্নবা মীয়াম্না মতমকুইনা লায়রনা-নংনা লৈবা তাবনি. অদুগা লল্লৈবা-ইনাকখুনবশিংনা অস্থুম-অস্থুম লন্থুম হেন্না পৈশিনখিবা মশানা তাবনি।

মান্নদবগী থাক অসি নোংম-মোংমগী অস্থুম-অস্থুম হেল্ল-গৎলক্লিবা ফিভম অসিনা তাকপদি গণতন্ত্রগী সরকারগী অশোনবা-অশোয়বা অসি পাক-চাউনা শন্দোরক্লি হায়বসিনি।

য়েক্লবা মাঙহনগে হায়রবদি লানফমদা চোংথোকপা তাই; খুৎলায় পায়বা তাই; শিবা ক্কিদবা তাই। চাদ-শেক্তবনা শোম্থদুনা লৈরবা, লাম্নবা মীয়াম্না পঙথদুনা লৈরগা চাবা-শেৎপা ফংগদবা নত্তে। মীয়ামগী অমত্তা ঙায়রবা, শোয়দ্রবা খুৎলায় হায়ববু শিবা ক্কিদবা অমদি থাঙবা কনবগা লোয়্ননা অচুম্বা থবক্তা মায় ওনশিনবা অদুনি।

মতমকুইনা নৈহত্তুনা, নমথদ্ধুনা লৈরকপনা মীয়ামগী অপুনবা থৌনা কোঙদোকপা ঙমদনা মতমকুইনা লৈরকলিবনি। অদুনা অপুনবা মীয়ামগী লিংজেল-থৌনাগী মাঙদা মীয়ামগী য়েক্লবশিংনা মীকুপ অমফাওবা লেপ্পা ঙমগদবা নত্তে।

হৌজিক্কী সমাজ অসিদা, মশিং য়ামদ্রবা অরৈবা কাঙবুনা চানবা-শেংনবা-লৈনবা অসিগী অরাংপ লৈতে; থোইনা হেন্না মরাংকায়বনা মখোয়গী ওইদুনতা লৈ; হিংনবগী লানফমদা লেপ্পা-পানা পোং খুদিংমক মখোয়না শিজিন্নরিবনি; অহোয়নদুম, মখোয়না লম্ভুম পৈশিনবগী অপেনবা লৈতে; মপান্নাইদ্রবা অপাম্বগী ঈপাক্তা মখোয়না নিঙতম্না তাউদুনা লৈথোকই; পৃথিবীগী পোৎ-চৈ, লম্ভুম পুম্নমকসি মখোয়তগীনি খন্দোক্তুনা হরাও-তয়াম্বদা ময়াইকাঃনা মতম লেল্লি।

নাকল অমদনা, লৈতবা মীয়ামগী অৱাবদি শীংথাদ্রনা লোইবা নত্তে। মীয়াম্না ফনা-কন্না শূনোমদুনস্থ পূকথন্না চানবা ফংদে—অইং-অশা ঙাক্লবা মতিক চাবা ফিরোল শেংনবা লৈতে—নোং-মুংশিং-মুংশা খাঙনবা লৈফম ফংদে। ওইরিবা সমাজগী ফিভম অসিদা, কন্না শূনোমদুনস্থ মীয়াম্না লায়র-অনং কোক্তুনা মান্নবা মী ওইনা হিংনবগী লম্বী লৈত্রি। অসিগুম্বা সমাজ অসিবু য়োক্লব গণতন্ত্রগী সরকারনা মীয়ামগী ফিভম্বু ফগৎহন্দুনা লায়র-অনং কোকপা ঙম্নবা শিনবা তৌদ্রি। সরকারগী তৌথোরকপা থবক্না ওইরি—অরৈবগীনা হেন্না হেন্না লৈনবা, লৈতবগীনা হেন্না হেন্না লৈতনবা।

মীয়াম্না মতমচুপ্পদা পামদে — খরনা চারা হেন্নগা খরনা পূকথন্না চাবা ; মীয়াম্না ময়াম মান্ননা য়েন্নফনা চাবা পাম্মী ; লোয়ন-লোয়ননা ময়াম পূম্নমক পুন্না হোৎনতুনা শূনোমন্তনা, চিখবা য়াওদনা পূকথন্না চামিন্নবা পাম্মী। মীয়াম্না শূনোমতুনা, হোৎনতুনা চাদ-শেত্তনা অরাবা খাঙতুনা ফংলিবা মহৈ-মরোং, ফিরোল, ফুরা-দলাল, অমদি অতৈ-অতৈ পোৎ পূম্নমক অসিবু খরতনা নিঙতম্না, মরাং কায়না শিজিন্নগনি হায়না, সরকারগী আইনগী মতেংদা লৈরিবা মখোয় অদু তশেংনমক মীয়ামগী য়েক্লবনি।

শাসকশিংনা মখোয়না লুচিংবনি, য়াম্না চাউরবা দায়ীত্ব পুরিবনি, মরাংকায়না চাদবা য়াদে, মীয়াম্না চরাহেনবত্ত খঙদবা নত্তে, মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফনবা শিল্লিবনি, মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ থৌরাং কয়া তৌরিবনি, মীয়াম পুম্নমক মুঙাইরকখিগনি, তুমিন্না লৈয়ু হায়রি। গণতন্ত্রগী লুচিংবশিংনা ইনাকখুনবা কাঙবুদা তোংতুনা মীয়াম্বু ওৎ-নৈবগী থবক কয়া চশ্খরক্লি ; মখোয়না মরাচেৎনা শক্তি পায়তুনতা লৈনবা শরো কয়া শিন্দুনা লৈরি।

খরনা পূকথন্না চাতুনা লৈরগা, মীয়াম্না চাদবনা মীৎ কুপ্তুনা লৈবসি, তশেংনমক, মীয়াম্বু শীংনবনি। অঙম্বা-অরাংবা চীং কাবদা, মীয়ামদা মখোয়বু দোলাইনা চীংদোন তান্না পুখৎপিয়ু, রাদনা দোলাই তোংতুনা চীংদোন য়োজগে হায়বসিদি, গোয়দনমক, মখোয়বু মীয়াম্না লুরবা লোক্লুংদা লংথবদা মতিক

চাবনি। মখোয়না সুঙাইনা লোক্লদা দোল্লাই তোংদুনা লৈসল্লু; শা-কৈগী চিঙ্গাক ওইসল্লু; মসিনা মখোয়গী মতিক চাবা ৱারক ওইগনি।

থুদোংচাবা মান্নবা ফংবা হায়বা অসিবু করিনো? হৌজিক ওইরিবা মীয়ামগী ফিভম অসিরা? মী অমগা অমগগী মরক্তা সম্মুক্লগা লানথোংগা পাবগুম খেল্লবা লৈরিবা অসিবু গণতন্ত্রগী শাসন হায়বদ্রা? মীয়াম্বুনা চল্লা হেনহল্লগা ইনাকখুনববু শৌগৎলবা সরকার অদু গণতন্ত্রগী য়েক্লবনি, তশেংনমক লাল্লবা মীয়ামগী য়েক্লবনি।

ময়াম পুল্লমক পুকথল্লা চামিন্নসি নত্রগা অরৈবমখৈদি ময়াম য়েন্নদুনা চরানোংখন্নসি হায়বসিদি পুল্লমক্কী ওইনা ফরবা ৱানি। লায়র-অনং মীয়ামনা পুকথুন্দদুনা, অরাম-খৌরাংবা ময়ামনা মরম ওইদুনা শোন্দদুনা লৈরগা, ইনাকখুনবা অরৈবা খরতনা পুকথল্লা চাদুনা লৈবসি লাল্লবা মীয়াম্না মতমচুপ্পদা মুকপাম পামদে।

মীয়ামগী লৌবুক্তি, মীয়ামগী ফৌথোক্তি, মখোয় খরতনা করিগী পুকথল্লা চাবা য়াগনি!

মান্নবা পোক্লবা মীওইবগী মরক্তা ছুরানবা, চিন্থিবা, মীনম-শোন্নিবা, নমথাক তৌবা খরতনা মীয়ামগী ওইবা পোৎশিংবু মখোয়গী ওইনা লৌশিনখিবনি। পোৎশিংগী মপুওইবগা লোয়ননা মখোয়না মীহাংনবা থুংলায় কয়াগী মতেং লৌদুনা

মরাচেৎনা হিংনবা হোৎনখিবনি। মীয়ামগী মখুত্তগী শক্তি পুন্নমক মুনখিডুনা খরতনা মপু শাডুনা মীনা মীবু মীনাই-ওইনা শিজিন্নবা ঙমখিবনি।

পুন্নমক অসি মুন্না খম্থরুরবদি, য়েক্লবা ওইবা মখোয় খরসিনা হিংবদা মীয়ামগী করিস্থ কান্নফম লৈতবনি হায়না খনফম থোকপনি। মখোয়না মীয়াম্বু পিজদডুনা, চরাহেনহন্দুনা, শোন্থহন্দুনা মতমচঙনা হাৎপনি। মীয়াম্না খুৎলায়গী শক্তি লৌনিঙাই লৈতবনিনা অপুনবা শক্তিতনা মখোয়বু মাঙহনবদা করিস্থ লাল্লোই।

লায়বা মীয়ামগী অৱাবা পুন্নমকসি সরকারগী আইন্না মতমচঙদনা, ইলায়-লায়না কোকহনবা ঙমফম থোকপনি। অদুবু, গণতন্ত্রগী সরকারনা হিরম অসিদা মায় ওন্থোক্লুনা লৈরি। অধিকার মান্নরবা মীয়ামনা, মান্নদনবা শক্লোন কয়া শেম্লিবা য়েক্লবশিংবু মশক মুন্না খঙডুনা পন্দনা মাংহনফম থোকপনি।

মফম পুন্নমক্তা চরাহেল্লে, চরাহেল্লে হায়বগী খোঞ্জেল্তনা অতিয়া অসি শিনবা থুংনা নিনগ্রে। মতাং অসিদা, লৈরিবা শাসনগী মওং অসিদা অচৌবা অওনবা অমা পুরকপা নত্রবদি লায়বা মীয়ামগী হিংনবগী লম্বী লৈররোই।

লায়বা মীয়ামগী য়েক্লবশিংনা অচৌবা লানবন শাডুনা অতৎপা লৈতনা ওৎ-নৈবগী থবক তৌডুনা মরাচেৎনা লৈরি।

মীয়াম পুন্নমক্তী অপুনবা শক্তিতনদি য়েক্লববু মরুয়াওনা ফুক্তোক্লুনা পৃথিবী লৈমায়থক্তগী মতমচূপ্পগী ওইনা শোয়দনমক মাংহনবা ঙমগনি।

লাল্লবা মীয়ামগী মফমদা য়েক্লবশিং অসি নোংমদি শোয়-দনমক মায়থিল্লগনি।

---

# ৩

হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা বৈজ্ঞানিকশিংনা মীওইবগী মুঙাই-য়াইফ ওইনবগী লম্বীদা অনৌ-অনৌবা থবক কয়া পায়খৎলক্লি। মখোয়না অতৎপা লৈতনা হোৎনরকপনা পৃথিবীগী ইতিহাসকী অনৌবা য়াওন অমা ওইহল্লক্লি।

মীয়ামগী অরা-অনা পূম্নমক নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা কোকহনবা ঙম্লখিনি খন্নরক্লি; পৃথিবী অসিদা অনৌবা সভ্যতা অমগী মশক উবা ফংলক্লি। বিজ্ঞানগী খুদোল ওইনা মীওইবনা অনৌ-অনৌবা রাখল কয়া খন্নরক্লি, থবক কয়া তৌনরক্লি।

পৃথিবী অসিদা থোইদোকপদি লৈপাক খরদা মীগী মশিং য়াম্মল্লে, চাথোক্লা কোল্লবা ঙমশিল্লক্তে, মীশিং হৃষ্নবা নত্রগা হেনগৎলক্তনবা, অঙাং য়াম্না পোক্তনবা তৌসি হায়বা ইরাং অমস্তু কনখৎলক্লি।

পৃথিবী কৌবা গ্রহ অসিতদা লৈবনা পেনবা ঙম্নরক্তুনা মীওইবনা থাদা খুন্দারুনবনচিংবসু তত্তনা হোৎনখৎলক্লি; অতৈ-অতৈ গ্রহ য়োনবসু হোৎনরি।

নোংমৈ গুলি অমত্তনা মী অমত্তবু হাৎপসি মতমকুইনগী মমাঙদগী খুৎলায় পায়বা কাঙবুনা পেন্নরক্তবনা পিকথ্রবা খুৎলায় অমত্তনা মী লাখ কয়া হাৎনবা থৌরাংসু পাঙ-থোকপা ঙম্লে; অদুবু মসিতনা পেনবগী ঙমখৈ লেপ্পদি ঙমদ্রি।

মথল-মথেলগী মীহাৎ-খুৎলায় পৃথোক্লবা হোৎনবদা পৃথিবীগী লৈপাকশিংসি থোইদোক্লা থবক চিন্না লৈনরি।

মীনা উচেক্কুম্না পাইদুনা পুংজা খরদতা য়োনিংবা লম য়োবসি অনৌবা ব্রাবু ওইশিল্লক্তে। মশিং থাবদা লোই-নাইদ্রবা বিজ্ঞানগী খুদোলশিং অসিনা মীওইবা অসি অসুক্কী মতিক তনবা হেনগৎহনবদা নত্তনা মহৌশা চারম্বা চিঙ্গাক অদুফাওবা হাওত্রবগুম অনৌ-অনৌবা চিঙ্গাক কয়ামা চাবা হৈনহল্লে; মহৌশাদগী শেৎনরক্লবা ফিশিংদু বিজ্ঞানগী মিত্রং অমনা ইপাম পাম্নহন্দ্রে; অমরোমদা মীওইবসি ফিশেৎপদা চোকথনরক্লে; য়াবমখৈ ফিয়াম থোমথিন্দনা উনশাগী ফজবা-গুমহৎপা অদুদদুম পূক্লিং চঙনরক্লি।

মহৌশাগী য়ুমশিং অতু হৌজিক্কী মতমদা শা-উচেক্না লৈবদস্থু মতিকচাবা ওইদ্রে—অতিয়া খেৎনা ৱাংত্রবদি মীনা লৈবদস্থু মতিকচাদ্রবগুম লৌনরক্নে।

তমথিন্নবা লায়নানা মী কয়া কয়া ত্তাক্না শিরম্বতু কনয়াম্না কোকহনবা ঙমগ্রে—শিবিদ্রবা মীশিংসি থাক্নবা হোৎনব-তুনস্থু চাউরবা ৱাফম অমা ওইরক্নুনা বিজ্ঞান্দা অমুক চঙজরি।

শিরবস্থু শিদনবা হোৎনৈ, শিদতুনা হিংহনা লৈরবশিংবু অমুক থান্নবা কয়া হোৎনৈ; থাকপা ঙমগনি হায়বা থাজ-নরক্তুনা মী পোক্তনবা হোৎনবগী ৱাফম অমা কন্না নৈনরক্লি। পোকহন্দতুনা মীশিং হেনগৎহন্দবা অসিবু বিজ্ঞান্না পাঙথোকপা ঙমফম থোকপরা?

লাখ কয়া হাৎপা ঙম্নবা খুৎলায়শিংসি পুথোক্তুনা লাল তৌনবদা মশিং লাকঙমদ্রবা মীয়াম শিবা য়াই। লৈহৌরিব-শিংসি শোয়দনা পুকথন্না পিজবতু বিজ্ঞান্না ঙম্নগনি হায়রবরা?

হৌজিক্কী মতম অসিদা বিজ্ঞান্না মীয়ামগী লাইবক ওইখরে—মীয়ামগী পুনশি অসি বিজ্ঞানগী মখাপোন্না লৈখরে। পৃথিবী অসি বিজ্ঞানগী ওইখরে, বিজ্ঞানবু য়োকখৎলিবা সরকার অতুগী ওইখরে—মীয়াম্না মপুওইবা পৃথিবী ওইদরে।

বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা মীওইবগী নুঙাই-য়াইফবা পুরক্নবা থৌরাং কয়া তৌরিদি হায়ববু মীয়াম পুন্নমক্কী মান্নবা নুঙাইবা পুরক্নবগী পান্দম অতুদগী হেন্ন-হেন্না থাপ্লোক্লকপস্থু উবা ফংলক্লি।

লৈপাক কয়াদা লালগী থৌরাংনা শান্তিগী থৌরাংদগী হেন্না পুক্লিং চঙনরকপগুম তৌরি হায়বদা চুম্নিংঙাই মরম কয়ামুক লৈতবা নত্তে।

মীওইবগী মরক্তা অমগা-অমগা থাজনদবা অসিসু নোংম-নোংমগী হেক্লিল্লক্রি। লাল হায়বসি মীওইবগী হিংনবগী লম্বীদা চঙদবা য়াত্রবা ওইনা খন্নরকপগুমসু তৌরি। চিন্দদা শান্তি পাম্নবগুম তৌরি—পুক্নিংদদি মহৈ-মহৈ লালগী থৌরাং মপুং-ফানা তৌদবা য়াদরে নিঙনদুনা থবক পায়খৎনবা ঙাক্তা ওইনা তৌশিল্লক্রি।

মসিমক্তা মীনা মীবু থাজদবা, ইশানা ইশাবু থাজদবা অসি নোংম-নোংমগী হেক্লিল্লক্লে হায়বসি তাকপনি।

মী অমগা মী অমগা, কাঙবু অমগা কাঙবু অমগা, লৈপাক অমগা লৈপাক অমগা থাজনদবা-মুংশিনদবা অসি অসুম-অসুম হেনগৎলকপা অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা 'হাৎন-শুনবা অমদি লাল তৌনবগী থৌরাংদা পুক্লিং চঙনরকপা উবা ফংলক্রি। ঐখোয় মশেল শান্তি পাম্নবা ঙাক্তনি হায়বসি থাজননা লৈনবগী মহুত্তা লাল তৌনবা হায়বসি মীওইবগী থাদোকপা য়াত্রবা মহৌশা ওইবগুম্না নীঙনরকপগুম তৌরক্রি।

হাৎন-শুনবা, লাল তৌনবা অসিবু মীওইবগী হৌনশারা? খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা অসিবু মীওইবগী পোকপদা য়াওরক্লবা মীওইবগী থাদোকপা য়াত্রবা হৌনশা ওইবা ভাবরা? হৌদোংনা উচিবু হেক্তা উবগা লাকপা-হাৎপা অসিবু হৌদোংগী হৌনশারা?

চান্নবদি মী শি; মসিমদি মীগী হৌনশানি। অঙ্গা, অরৈবা অমনা মপূকথন্না চান্নগা, লৈতবা অমনা চরাহেন্দুনা লৈরিবা—ঙংলবা নিংথমথাগী অহিংদা শেৎনিঙাই - চানিঙাই লৈতদুনা ঙংবনা নিক্তুনা লৈরিবা নংলবা মীয়াম্বু য়েংনা ইনাকখুনবনা মরাংকায়না ক্পিশেত্তুনা লুপ্না লৈরিবা—ইনাকখুনবগী মচানা, লাইরিক-লাইশু, মহৈ-মশিং নিংথিনা তম্বা ঙম্নগা লায়রবা মীয়ামগী মচাশিংনা পূকথন্না পিজবফাওবা ঙমদনা মতমচুপ্পদা অপঙবা লৌমী-শিনমী ওইদুনা তোন্না-লায়রনা লৈরিবা—মতমচুপ্পদা লায়রবনা লায়রনা, ইনাকখুনবনা ইনাকখুন্না মীওইবা সমাজ অসিদা অশুম লৈরসনু হায়বগী মওংদা থোরাং তৌরিবা—লায়রবা মীয়াম অমস্তুং ইনাকখুনবা খরদং লৈবসি মীওইবা সমাজনা লৈরিবমখৈ লৈরগদবনি হায়বসি থাজদুনা লৈরিবা—পূন্নমক অসিবু তাইবং মীগী হৌনশা ওইবরা!

বৈজ্ঞানিকশিংনা চাং য়েংদুনা খঙলবনি — হৌদোংস্তু পোক্লকপদগী উচিগা লোয়ননা লৈহল্লবদি চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নে। হৌদোংমচাশিংনা পোক্লকপদগী মমাশিংনা উচি লাকপা অদু উরুবদগী মখোয়স্তু উচি হায়বসি হেক্তবু উরবদি লাক্তদবা ওইরে হায়বসি উরুবদগী খঙলুদুনা মখোয়গী মহৌশা ওইনা লৌবনি। তশেংবদি হৌদোংনা উবগা উচি লাকপসি হৌদোংগী হোংন্রবা হৌনশা নত্তে।

মীওইবগী সমাজ অসিদস্তু লাল তৌনবা হায়বসি তোকপা অমস্তুং তোক্তবা অদু মীওইবগী ৰাথল অমস্তুং তৌথোরকপা

থবক্কী মখাপোল্লা লৈবনি হায়বসি থাঙ্গৈশেংলমক অচুম্বনি। লালগী খোয়াংতা পঙতোদ তৌনবা, ইশা ঙাম্নবনি হায়দুনা পঙহোস্তু-হোৎনবা অসিনদি মীওইবনা লাল তৌনবা অসি থাদোক্নবা থবক অমত্তা হৌজিক্কী যুগ অসিদা পাঙথোক্তে হায়না লৌবা য়াই।

অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু ঐখোয়না কল্লা থাজবা পোক্লিবদি—মীওইবগী সমাজ অসিদগী লাল হায়বসি মরু-য়াওনা ফুক্তোক্তুনা, অমুকহন্না হৌরক্তনবা, লংথোকখিবা য়াই হায়বসিনি।

হিরম অসিদা মীওইবনা, থোইদোকপদি লৈপাক-লৈপাক্কী শাসকশিংনা পুক্লিং চঙনরক্লবদি মীওইবগী লাইবক ফবনি। অত্নবু, লালবু লাই ওইনা নিঙনরক্লবা হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা লালবু পুংথা-থাদোরবগী ৱা থম্নরকপা মত্তাংদদি কনানা হৌদোংগী মঙকশমদা শরিক থাংবিগনি হায়বা উচি-সভাগী ৱাফম অদুদগী হেন্না চখনবা ইঙম-ঙম্নদরি। মসি ত্তশেংনা মীওইবগী লাইবক থিবনি।

পৃথিবীগী মফম খরদদি চান-শেৎনবা অসি লেম্লা-পানা, মরাংকায়না লৈবা মরম্না মীশিং হেনগৎপা পাম্নবস্থু য়াওরি; অদুগা মফম খরদদি চাথোক ৱাত্তুনা মীশিং হন্থহন্নবা নত্ত্রবস্থু হেনগৎলক্তনবা হোৎনরকপস্ য়াওরি। মীশিং য়াম্বা হেনংৎ-লকপা অসিদা সরকারনা য়াম্না কিবা অমা পোক্লকপসিদা য়াম্লবা মীয়ামসি থোইদোক-হেন্দোরা মীপাইথিনরক্লি। মীশিং য়াম্বা নৎলমত্রবদি নত্ত্রবস্থু হৌজিক লৈরিবা মীশিং অসিদগী

হেঙ্গত্রবদি লাম্লবা মীয়ামগী চানবা-শেংনবা অসি ফংহনবা ঙম্লগনি হায়রিবরা ?

লাম্লবা মীয়াম্না হৌজিব-হৌজিক অসিদা, থোইদোক-হেন্দোক্না, খ্বাইদগী মরুওইনা, য়াম্লমক থুনা, অপনবা লৈতনা পাম্লিবদি মীশিং য়াম্বা য়ামদবা অসিগী রা-নত্তবা চরাহেল্লিবা শেত্রিবা অসিগী কোক্লবা থবক পায়খৎপচনি। গণতন্ত্রদা চপমাম্লবা অধিকার ফংলবা মীশিংগী মরক্তা অমুক য়াম্বা মাম্নদবা, থেন্নবা, খুদোংচাবা ফংবদা থোইদোক্না মাম্নত্রিবা-থেন্নরিবা পুন্নমকসিগী খন্নবহুনা খ্বাইদগী চাউবা রাফমনি। মসি পুন্নমক্কী খল্লুবদা লাম্লবা মীয়াম্না পম্বা লৈতনা, খাঙবা ঙমদনা ওমচাক্লহুনা লৈরি।

ইনাকখুনবগী মুঙগী মন্দির মন্মুংদা লাৎলিবা সনাগী মূর্ত্তি অদু মাগীদি লেঙত্রবা ঈশ্বরনি খল্লি। মীয়ামগী ঈশ্বরদি সনাগী মূর্ত্তি অদু নত্তে। মীয়ামগী ঈশ্বর, মীয়ামগী শিংলিদা চেল্লিবা অশাবা ঈগী ঈচেন্দগী থোরকপা খাঙঙমদ্রবা ঈরাউথোল—মসিনি মীয়ামগী ঈশ্বরদি। লল্লেবগী মুঙগী মন্দির মন্মুংগী সনাগী মূর্ত্তি অদু নত্তে মীয়ামগী ঈশ্বর।

লল্লেবনা শাবা মুঙগী মন্দির, অতিয়া খেৎনা রাংই। মন্দিরগী মপু মহাক্নি। ঈশ্বরগী থৌজান্না মানা লম্বুমগী মপু ওইদুনা মন্দির শাবা ঙম্লিবরা! মানা লল্লেবা ওইরিবসি ঈশ্বরগী থৌজান্ননি হায়না লৌরবদি লায়রঅনং মীয়াম লৈরিবা অসিদি ঈশ্বরনা শাউরবা, ঈম্বোক্লবা মী ঙাক্তা ওইবা তাবরা! মাগী

ঈশ্বরনা মণোম্ভদা থোজান্দুনা লায়রবা মীয়ামদদি শাপ তৌবদগী লায়রিবরা ?

মাগী মন্দিরদা নুমিৎ খুদিংগী উৎসব তৌই। মীয়ামদি মন্দিরা শাত্তুনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি লাংপদি লায়রত্তুনা পূকথম্না চানবা চিঙ্গাক লৈতে, ফিজেৎ-ফিগায় শেৎপনি, অত্তুগা য়ুমস্থু ফমুংদা নোং-দুংশিৎ-নুংশাগী শান্নফম্নি। উৎসব পাম্বা মাগী ঈশ্বরনা মীয়াম্বু করম্না থৌজানবিফম থোকপগে ? মাগী নুঙগী মন্দির মনুংগী ঈশ্বরনা মাবু থৌজানবিরি হায়না লৌরবদি মীয়ামদি খুরুম্বা কিজে ; মরমদি, মাতগী ঈশ্বরনি-মাতবু থৌজানবিবনি। মফম - মতম নাইদনা মীয়াম পূম্নমক্না অশেংবা থম্মোয়না, ভক্তি-প্রেমগা লোয়ননা খুরুমজবা য়াবা ঈশ্বর অদু মহাক্কী নুঙগী মন্দির মনুংগী ঈশ্বরদুনি হায়না মীয়াম্না লৌদে।

মানা নুমিৎ খুদিংগী মাগী ঈশ্বরবু খুরুমজে। মাগী ঈশ্বরনা পেনবিত্নুনা, থৌজানবিত্নুনা মহাক্না হিংলি ; নুঙাই-য়াইফবা পুনশি, অরাৎ-অপা লৈত্রবা, মরাং কায়রবা পুনশি ওইদুনা হরাও তয়াম্না লেল্লি। মাগী মন্দিরগী চেকপল্ল রাংমদা উবা ফংগনি মীয়ামগী তাইবংপাল—লৌবুক্তা, নোংজু-নুংশা নাইদনা, লৈখোম-লৈনাং মরক্তা, নোঙানবদগী মম্বাফাওবা শূরি-নোয়িবশিং। ফৌথোক অদুগী শরুক চাদুনা মানা হিংবনি। মীয়াম্না নোমজ্রবদি মাদি চরাহেন্দুনা শিগনি। মানা শিবনদি মীয়াম্না চরাহেনগনি হায়নিঙাই লৈতে।

মহাক্তি মীয়েম্মি। মাগীস্থ নত্তবা, মাতনা মাগীনি খঙবা মরল-মথুম অজুত্তবু ঈশ্বরনি নিঙতুনা ঈরাৎ পূজা তৌদুনা লৈরিবা মাবু সমাজদা হিংননবগী অধিকার পিরিবা অসিমক মীয়ামগী অশোনবনি। অরানবা মীবু অচুম্বা মীনা কিরিবা অসিমক অরানবা আইনবু মুৎথত্তবা অসিননি।

চহি চুপ্পা লেপ্তুনা মখূৎনা থবক শূরিবা মীশিংগীদি চাবা-শেৎপা মপুং ফাদে। মীয়াম্না শূনোম্বনা সমাজ লিংবনি।

লল্লৈবা মহাক্তি অরাৎ-অপা লৈত্রবা লম্ভুমগী মথক্তা হরাও-তয়ামদুনা সমাজদা কান্নদবা ওইনা পুনশি লেল্লি। মহাক্না শিখিবনদি সমাজগী অমাঙবা ওইবদি লায়রদুনা হেন্নঃম ফগংপা ওইগনি।

মানা করম্না অস্তক য়াম্বা লম্ভুমগী মপু ওইবনো ? নমথাক তৌদুনা তানবনি, মাতনা মাগীনি হায়জবনি। মীয়ামগীদি মীয়ামগী হকচাং অসি নত্তবা লম্ভুম করিস্থ লৈতে। হিংনন-বতং চানবা হোৎনবদা পুনশি লোইশিল্লি—পূকথন্না চাবা ফংনবা হোৎনরিঙৈদা শিবনা হাল্লি।

লৌউবশিংনা যুগ কয়াদগী, পারী-পুরী কয়াদগী লৌউবনা শিনফম ওইদুনা হিংলক্লি। লায়রনা-নংনা হিংবনা পুনশিচুপ্পগী ওইবা যুম্বাল্লি। লল্লৈবগীদি অরাংপা লৈতে—মরাং কায়দুনতা লৈ। মানা খঙদে—মীয়াম্না চাবা-শেৎপা ফংদনা রানা লেল্লিবা পুনশি। মীনা চরা হেল্লগা মানা হেন্না চাশিন্দুনা পেম্মা লৈ।

লৈননবা মুওগী দলাল অদু মাগীনি। তূক্ষম য়োনা ফংদদুনা লৈরিবা মীয়ামগী ফিবম মানা খংদে। ঈকায়বা ঙাক্লবদা শেৎপা ফাওবা ফংদ্রিবা মীয়ামগী মরক্তা মহাক্তি পুংজা থুদিংগী তোঙান-তোঙানবা ফিজেৎ শেংলি। মহাকসিবু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মীথোই - মীহেল্লবা অচৌবা মীচু ওইবা তশেংবরা?

পুম্নমক অসি মীয়ামগীনি হায়রবা গণতন্ত্রগী সরকার অসিনা পিনবা খুদোম্নি। লল্লেবগী: মীচঙ চঙবা সরকারনা তৌথোরকপা থবক্কা মীয়াম্না চাবা-শেৎপা নিঙবা থুংদদুনতা লৈনবা ওইরি।

পৃথিবী অসি লাম্লবা মীয়ামগীনি। পোৎথোক পুম্নমকস্তু মীয়াম্না নোম্বগী মহৈনি। লম্মুমগী মপু মানা ওইরিবনি খল্লিবদু মহাক তশেংনমক হুরানবনি। মীগী চাকলুক চিংশিন্দুনা চাবনি।

মানা লম্মুম কয়াগী মপু ওইবদুদা হুরাওরি। মসি মাগী ঈশ্বরগী থৌশিন্নি হায়দুনা মুঙাইরি। অওইবমক্তি, মানা মাগীনি খল্লিবা ঈশ্বর অদুদি মীয়ামগীদি নক্রে। মাদি হুরানপোৎশিংগী মপু ওইজবনি—মসিবু মানা মাগীনি, মাগী পোৎনি খনবদা লান্দে হায়রিবা ঈশ্বর অদু তশেংনমক মাগীনি-মীয়ামগী নত্তে।

চাদ্রবদি মী শি। চাননবা চিঞাক্না মীনা হিংনবগী অমত্তা ঙায়রবা উপায়নি। চাননবা পোংশিংসি পৃথিবীদগী থোকপনি। ঐখোয়না পোক্তিদ্রৈঙদা লৈরম্লবা পৃথিবীনি—ঐখোয় পুম্নমক্কীনি—ঐখোয় পুম্নমক্না মান্নবা মপু ওইফম থোকপনি।

চানবা চিঞাক অসি পৃথিবীদগী করম্না ফংবগে? খুৎনা থবক শুবশিংনা শু-নোম্বদগী ফংবনি। মথোয়না শু-নোমদ্রবদি

ফংলোইদবনি। শূ-নোম্বশিংনা ব্রাৎনা চারগা, নোমদবশিংনা হেন্না মন্নাং কান্নুনা, লেমপানা চারিবসি শূ-নোম্বশিংনা মশানা য়ানিঙফম থোক্লবনি। মানা অহাউবা—অথুম্বা মমল য়াম্বা চারিঙৈদা পূক্থন্না চাবা ফংন্ত্রিবা মীয়াম লৈতবা নত্তে। হেন্না চানিঙবা অমদি অহাউবতা চানিঙবা অত্ত থাদোক্লুনা মহাক্না মীয়ামদগী তাদনা মীয়ামগা মান্ননা চাগদবনি।

লাল তৌনবা, হাংন-শুনবা, শিবা কিনরক্লবা অসি থোইদোক-হেন্দোক্লা য়াম্না থেন্নবা লৈবদগী ওইরকপগী মরম য়াম্না লৈ। লালবু চুম্মী হায়বা কাঙবুনা হায়রি—মতাং অমদা নত্রগা মতাং অমদা খুদিংমক্লা অতোপ্পা খুদিংমকপু হাৎপনি। পাপ কদায়বু কৌবগে? মাগীদমক মথেল কয়াগী চানবা থোংবিরিবা মী অতুনা মানা লেম্বা অংতা চাতুনা হিংলি— মাগী মখল মখলগী ফি শারিবা-তুরিবা-শূরিবা মীশিং অতুনা অমোৎপা, ফত্তবা, শেগায়বা ফি শেত্তুনা হিংলি—মানা নুঙাইনা তুন্নগা মাবু শোকখি-পনখিদনবা মী কয়ানা মীশেন খাঙহনা মাবু-শঙলি—পুন্নমক অসিবু মানা লঙজবা দোষনি হায়বা খঙন্ত্রবা মাবু মীয়ামগী মরক্তা হিংহনবদা সমাজগী চাওখৎপগী লম্বীদা অপনবনি খন্নিংঙাই ওইদবরা?

মানা মশাগী হিংননবা অমদি নুঙাইননবা অংদগী হেনবা পোৎশিংগী মপু ওইশিন্দুনা, লায়র - অনং, অতোন - অতাং কয়ানা কান্নবা, শিজিন্নবা ফংহন্দনা, অরেন্নদা পৈশিনবহ থাদোকপা ঙমদহনা ঙসি ফাওবা লৈরক্লি। মানা মীয়ামগী

ঈচুপ্পা অদু থাদোকউ হায়বা য়ানিঙদ্রি। মীয়াম্না মাগীদমক হিংবা নত্তে—মানা মীয়ামগীদমক মী অমা ওইনা হিংগদবনি হায়বদু কাউথোক্লি।

মী খুদিংমক্কী শিংলিদা চেল্লিবা ঈগী মচুদি অঙাঙবনি। মীনা মী ী ঈগী অঙাঙবা মচু অদুবু মুংশিবতা নত্তনা অঙাঙবগী মতিক মঙাল অদুবুসু মাঙহন্দবা পাম্মী। ঈগী মচু ঙাঙবতা নত্তনা শাদ্নতসু লৈ।

করিগুম্বদা খুৎলায় অমনা নত্রগা অতোপ্পা মরম অমনা মীগী হকচাংদা শোক-পনবা থোক্কুনা অঙাঙবা ঈ শিন্থরকপা উরবদি মী পুম্নমক্না মদ্দা তুম্মিন্না, থওইদনা, নিঙাইদনা লৈথোকপা ঙম্মদে। মসিগী মরম্মু, হিংদ্না লৈরিবা মী খুদিংমক্কী মশাদগী অঙাঙবা অমসুং অশাবা ঈগী মরিক অমা ফাওবা শিন্থহনবা পামদবসিনি। পৃথিবীসিদা শিনবা থুংনা নিম্নরি—ঈ তাবা পামদে. ঈ চূপ্পা পামদে।

ঈগী মচু ঙাঙই; অদ্বু, হকচাংদগী ঈ শিন্থহন্দুনা অঙাঙবা মচু অদ্ য়েংনিংবা নত্রগা য়েংহন্নিংবা পাম্বদি কনাসু য়াওদে। ঈগী অঙাঙবা মচুসি অতৈ পোৎশিংগী অঙাঙবা মচুগুম্না ইচম চম্বদি নত্তে; হকচাংগী অঙাঙবা ঈ উরগা পোকপা পুক্নিংগী ঈথক-ঈহুন অদ্ অতোপ্পা অঙাঙবা পোৎ উবগা মান্নদে। মসিগী মরম্মু, মীগী হকচাংগী ঈ ওইবননি।

ঈগী থরায়দি হিংলিবা মীনি। মীনা ঈবু থাক্লবগীদমক হোৎনরি—চিঞাক চারি, ফি শেৎলি, য়ুমদা লৈরি। মৈগী

অমসুং মুমিৎকী মৈশা ফংদ্রনা মীনা হিংলি। চাদবা, শেত্তবা অমসুং ভূমদবা ঙম্বা মী লৈতে। মীনা ঈবু শাদ্রনতা লৈনবা হোৎনবসি তোকপা য়াত্রবনি। মী খুদিংমক্তা লৈরিবা ঈ অসি মান্নবা ঙাংবা অমসুং শাবা ঙাক্তনি। চিঙাক মান্নবা চাদে হায়দ্রনসু হকচাংগী ঈদি মান্নবা ঙাংদবা অমসুং শাদবা নত্তে।

মীগী ঈগী মগুণ মী খুদিংমক্তা মান্নবা লৈ। কম্বিগুম্বা মরম অমত্তনসু মান্নবা অসি মাঙহনবা ঙম্নরোইদবনি। ঈনা শাহুনা লৈরিঙৈ মতম অহুতং মীনা পুনশিন্থুনা লৈখতনি।

ঈনা শাহুনা লৈরিমখৈ মীয়াম্না নিঙবা কায়নিঙাই মরম করিসু লৈতে। মীগী অশাবা ঈনা মীগী হিংননবগী লানফমদা, মতমলৈবখিবিক্তা, মীবু থাদোক্তনা মতেং পাংথুনা লেঙদনা লৈরি।

ঈ শাদ্রনতা লৈরবা মীয়ামগী মরক্তা অমগা অমগা খেন্নবগী রাফম করিসু লৈতবনি। অমগা অমগা মান্নবা অসিবু মশক খঙত্রবা অমসুং মান্নবগী মওংদা হিংননবগী পান্দম লৈত্রবা মীথুদি মীয়ামগী য়েরুবনি, মীয়ামগী ঈ চুপ্পনি।

লৌউবনা লৌবুক্তা লৈখোম-লৈনাং মরক্তা নোংজু-মুংশা খাঙথুনা লৌ খোইরি, লৌ লিংলি অমসুং লোক্লি। অথোকপা ফৌথোক অহু মশাগী লৌ নত্তবনিনা মাদনা ফংবা নত্তে। মহাক অমসুং মহাক্কী ইমুংগী মীশিংগী চহিগী চাবা ওক্তত্রবা ফৌ অহু ফংননবা লৌউবদি চহি অমত্তসু তোকপা লৈত্রি!

ইনা কুপ্পা মযুমস্থ নোং যুই। শেৎলিবা ফিস্থ অমোৎপন্রি—ফোৎপা-শেগায়রনস্থ অনম্বনি। মহাক নোম্বা কনবা, মপাঙ্গল লৈবা মুপা অমা ওইদুনস্থ চহি খুদিংগী লায়রংদি অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লি।

তৌইগুম্বস্থং মহাক মীনি। অতৈ মী পুম্নমক্কগী তাদনা অমস্থং হেন্দনা মহাক্কী শিংলিদা চেল্লিবা ঈদু শারিবনি। মহাক্কী মশাগী অশাবা ঈ অদু মচুস্থ ঙাংই হায়বা মীয়ামদা ফোংদোকপা, উহনবা মুমিৎ অদুমক মহাক্কী লায়রক-অনং কোকপা মুমিৎনি। মহাক্কী শিংলিদা চেল্লিবা অশাবা ঈ অদুতনা মহাক্কী পুনশিগী মপুংফাবা মুঙাইবা পিবা ঙমগদবনি।

মপুংফাবা চিঙ্গাক চাদ্রবা অমস্থং চরাস্থ তোয়না হেল্লবা লৌউবা মুপাসিদা মহাক্কী হকচাংগী অশাবা ঈনা শোম্থবা, নিঙবা কায়বা করিস্থ পিদে; অহোয়নদুম পাঙ্গল অমস্থং থোনা পিরিবনি। অশাবা ঈনা মীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতবা মান্নবা ঈথক-ঈহুন ঈচেন অদু ফোঙদোকই অমসুং মী অমনা তৌবা ঙম্বা অদু অতোপ্পা অমনসু পাঙথোকপা শোয়দনা ঙম্মী হায়বগী থাজবা পোকহল্লি।

লম্থুম মরাংকায়না পৈশিন্দুনা চাবা-শেৎপনচিংবগী নিঙবা থুংদবা, ৱাৎপা লৈত্রবা মী অদুগী ঈনা লৌউবা মহাক্কী ঈদগী হেন্না শাবগী ৱাকম করিস্থ লৈতে। মহাক্কী অৱাংপা অমতং হায়বরু মহাক্কী অশাবা ঈ অদু মী অতৈশিংগা মান্নলা শাই হায়বসি থবক ওইনা পাঙথোক্কনা ফোঙদোক্লিব্রা অদুতনি।

ঈগী মান্নবা শাবা অসিগা মীগী পুনশিগা মরিলৈনবা অড়ু খঙডুনা, মড়ুগী মতুংইন্না থবক চথবা ঙমগ্রবদি হিংবগী মুঙাইবা অমস্তুং কান্নবা লৈরোই হায়বদা লানগদবা লৈতে।

মীনা মীবু মশক খঙগদবনি। ইশক খঙডুনা ইথৌ পাঙথোকপা ঙমগদবনি। মীনা মীওইবগী মতৌ অড়ুবু ফোংদোকপা ঙমগ্রবদি মী ওইনা হিংবগী করিগুম্বা মুঙাইবা অমত্তা পুনশিদা ফংগদবা লৈত্রবনি।

মীগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ অসি শাই হায়বা খঙবতনা মীনা মীবু শকখঙবা তশেংবনি। মতম অড়ুতদা, মীগী পাঙ্গল অমদি থৌনা অড়ু খঙডুনা পুনশিগী লানফমদা চোংথোরক্কদবনি। অশেংবা পাঙ্গল অমদি থৌনা অড় মপান্নাইদনা থোরক্কনি। শোন্থবা পুন্নমক মাঙখিগনি। মীয়াম পুন্নমক তাইবংপান অসিদা পাঙ্গলকন্না-থৌনালৈনা-শোম্থদনা হিংনবা পোকপনি।

লমজিংবা খরনা নত্রগা পাঙ্গলকনবা খরনা অয়ানবা লম্বীদা হোইত্তুনা মীয়াম্বু কদৌঙৈদস্থু মতমকুইনা পুবা ঙমগদবা নত্তে। মীয়াম্না মীয়ামগী অপুনবা পাঙ্গল-থৌনা-মতিক অড়ু মপুংফানা খঙডুনা চোংথোরকপা নোংমদা মাল্লেম অসিদা অমনা অমবু নমথবনচিংবা মান্নদবগী শকওং পুন্নমকসি ইখঙ-খঙহৌদনা মাঙখিগনি।

মীয়ামগী পুনসিগী অচুম্বা করিনো? মীনা মহাক্কী ঙাংলবা অমস্তুং শারবা ঈদগী হেন্না মুংশিবা পোৎ অমত্তা লৈতে। মসিগী মরম্বু, মীনা হিংবা পাম্মী অড়ুগা হিংড়ুনা

লৈরিবৈঙ মতমগী মনুংদা পুনসিগী মপুংফাবসু পান্মী। থাঙ্গেশেংনমকসু, পুনসিগী অচুম্বা হায়ববু মীগী ঙাঙলবা অমসুং শান্নবা ঈ অসিতনি।

মীওইবা সমাজদা লৈরিবা মান্নদবা পূম্নমকসি, অঙাংবা অমসুং অশাবা ঈবু মী পুম্নমক্না চপমান্ননা থাংদোক্লদুনা হোৎনরবদি, মীকুপ অমগী মনুংদা মাঙখিবা শোয়দবনি। অওইবমকস্তু, মান্নদবা হায়বা অসিতনি মীগী পুনসিদা মপুংফাদবা পিরিবা অসি।

হিংদুনা লৈবতনা মীগী পুনসিগী পান্দম নত্তে; মপুংফাবা পুনসি লেনবতনা মীগী পুনসিগী পন্থুংফম্নি। মী অমগা অমগগী মরক্তা লৈরিবা পাক-চাউনা খেন্নবা হায়বদি মান্নদবা লৈরিবা পুম্নমকসিনা মপুংফাবা পুনসিগী লম্বীদা অপনবা পিরিবা অমত্তা ঙায়রবা পঙ্গাউ ওইরি। পঙ্গাউ: অসি থুগায়বা তারবদি মীয়ামগী অঙাংবা মচুগী অশাবা ঈগী পাঙ্গলতনা পাঙথোকপা ঙমগদবনি।

সমাজ অসি মীয়ামগীনি—মীয়াম্না মপুওইবা সমাজনি। মী অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা লৈরিবা হায়বদি লম্থুমগী মপুওইবদা মান্নদ্রিবা পূম্নমকসি মী থরতগী থৌশিন্দগী ওইবনি। মী অমনা মুমিৎচুপ্পা থবক রানা নোম্মী; অদুবু, মতিকচানা মশাফানা লৈনবা চিঞ্জাক চাবা ফংদনা হিংলি; নাকল অমদনা শূবা-নোম্বা থোইনা তৌরুদনা মী অমনা মশা ফনবদগী হেন্দোক্না হাউনা চাবা ফংই। মসি সমাজ অসিদা ওন্থোক্না যাম্না মশিং লাকঙমদনা থোক্লি।

মী অমনা পোক্লক্লিবা অমসুং হিংলক্লিবা অতু মী অতৈগী শূবা-নোম্বা, হকচাং-পাঙ্গল, বুদ্ধি-লৌশিং-ৱাখল শিজিন্নবা অসিনচিংবগী মখাপোন্না ওইরক্লিবনি। হেন্না বুদ্ধি-লৌশিং লৈবা, হেন্না পাঙ্গল কনবা মী খরনা থোইদোক-হেন্দোক্লা নোমতুনা ফংলবা চিঙ্গাক্লচিংবা পোৎশিংবু পৈশিন্দুনা থম্লগা, লাম্লবা মীয়ামগী চরাহেনবনচিংবতু খন্দনা য়াম্না হাউনা, দরকার ওইবদগীফাও হেন্না চাগে হায়বসু য়াফম থোক্কে। মখোয়না নোম্লিকপদগী ফংলক্লিবা পূন্নমক্কু মীয়ামগী সমাজ-অসিদগীনি —সমাজ অসি মীয়ামগীনি—মখোয়তগী সমাজ নত্তে।

অশোনবা-অকনবা, অপঙবা-অশিংবা মী পূন্নমক খেন্নবা লৈতনা সমাজগী চাথোক-পোথোক পূন্নমক্কী মান্নবা মপু ওইমিন্নগদবনি হায়বসি মীয়ামগী অপাম্বনি। মী খূদিংমক্লা মাগী-মাগী দরকার লৈবতুতা ফংফম থোকই; মী খূদিংমক্কগী মাগী মাগী শুবা-নোম্বা ঙম্বগী শক্তি মতুংইন্না মীয়াম্না ফংফম থোকই হায়বসি গণতন্ত্রবু মতমচুপ্পদা লৈনবগীদমক থবক ওইনা পাঙথোক্কবা য়াদ্রবনি।

গণতন্ত্রদা মী খরগী অরানবনা মীয়ামগী ৱানবা ওইরি। অরানবশিং অসি চুমথোক্লবগীদমক শিজিন্নগদবনি মীয়ামগী অঙাংবা মচুগী অশাবা ঈ। অচুম্বগী মঙাল অরানবনা কূপশিনখিবা মরমনা মীয়াম পূন্নমক মান্ননা মুঙাইবা হায়বদু ওইথোক্কতুনা লৈরিবনি। গণতন্ত্র হায়ববু মীয়াম লৈরিবসিনি —সরকার অদুসু মীয়াম্নি—মসি মীয়াম্না খঙদবা য়াদবনি।

মশা-মশাতা মুঙাইবা পান্ধা হায়বা অসিনা মীগী অহানবা চাউরবা মরান্নি। মীগী মরক্তা খরনা খল্লি—ললগী মপু হায়বত্তু মখোয়নি। মখোয় খরনা মুঙায়রগা মীয়ামগী অরাবা করিস্থ লৈরিরোই খন্দুনা লৈথোকই। মীয়াম্না খঙই—মী খরনা মপু ওইরিবনি হায়দুনা লোয়নরিবা পোৎ পুন্নমক অদু মীয়ামগীনি। পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক অসি মীয়ামগী ঙীনা তানবঃ লম্নি।

মী খরনা অরানবতা তৌদুনা লৈরগা মীয়াম্না তুম্মিন্না লৈথোকপসি মীয়ামগী অরানবনি। পৃথিবীদগী থোকপা চাথোক অসি পৃথিবীগী মী পুন্নমক অমত্তা চিথদনা মান্নবা য়েন্নদুনা চাফম থোকপনি। অদুবু, মী খরনা মপু শাদুনা পৈশিনথিবদগী হকচাংফনা লৈনবা মতিকচাবা চিঞ্জাক অদু মীয়াম্না চাবা ফংদত্তুনা লৈরি। মতিকচানা চাদ্রবদি শোন্থবা মহৌশানিনা মীয়ামগী হকচাংগী মপুংফাবা ব্রাত্তুনা লৈরি। হকচাং অমস্থং রাখল শোন্থবা মরমদগী মীয়ামগী শিংলিদা অশাবা ঈ চেল্লি খঙলবস্থ মদু ফোঙদোক্তত্নুনা মী খরতনা মীয়াম্বু ওৎ-নৈদ্ধনা লৈরি।

রাখম্না মীবু থাঙ্গৎলি। মান্নবা হিংনবগী অচুম্বা, অফবা রাফম কয়ামুকসিনা মীয়ামগী ঈদা-তোংদা চুপ্রবদা হৌদোক্রবা নাইদনা মীয়াম্না খুৎ-রাংনা থাঙ্গত্তুনা খোঞ্জেল রাংনা তাইবং নিম্না লাউরক্লবদা অরিবা রাখল, অরিবা চৎনবী, অরিবা পান্দম পুন্নমক তুন্না মাঙখিগনি।

মীয়ামা তুম্মিন্না লৈথোকপা অসিনা পৃথিবী অসিদা ঈংবা-মুঙাইবা অসি লৈবা ঙমদ্রিবনি। মকোন্দা কুন্দুনা লৈবা কৈবু খঙলু-উরুদবনা কিরুদবগুম মীয়ামগী ফোংদোক্কবা অশাবা ঈগী ঈচেলবু খঙদনা লৈরি। অরাম-খৌরাং, অরা-অনা, অরাৎ-অহো পুন্নমক্না থন্না লৈরবা মীয়াম্না. মুমিৎ খুদিংগী পুংজা খুদিংগী, মীকুপ খুদিংগী অশাবা ঈনা মী খুদিংদা মান্ননা চেল্লি হায়বহ্ন নিঙশিংহ্নুনা লৈরবদি মী অমমমদগী হৌরকপা অশাবদগী থোরকপা মৈরি অদুনা চাকথোকখিগনি পৃথিবীগী মান্নদবগী উরিবা শক্লোন পুন্নমক অসি।

চাবা-শেৎপা-লৈবা নিংথিনা ফংদ্রবা মীয়ামগী খুৎলায় হায়ববু শিংলিদা চেল্লিবা অঙাংবা মচুগী অশাবা ঈ অদুতনি।

মীয়ামগীদি বিজ্ঞান্না পুথোকপা পৃথ্বি তুমনা মাঙহন্নবা খুৎলায় লৈতে। মীয়ামগী হায়ববু ঈগী যজ্ঞ—ঈগী দান।

অমুকস্ম খন্দবা য়াদে—মী হায়বা অসিমক্তবু মহৌশানা মুংশিহৈবা জীবনি। মীগী ঈগী খ্বাইদগী কুপ্পবা মরিক অদু মুংশিবগী মপান্নাইদ্রবা মহাসমুদ্রনি। মুংশিবা লৈনবা ঈনা শাদুনা লৈরিবনি। ঈগী অঙাংবা মচু অদু মুংশিবগী লোইনাইদ্রবা মতিক মঙান্নি। কনানা কনাবুস্ম মুংশিদবা লৈতে। বেদগী লাইশোল মতাং অমদা হায়রি—ডাকুশিংগী মকোকপু খুরমজে, ফক্তবশিংবু খুরমজে, মাঙনবা তৌবশিংবু খুরমজে! মীহাৎ-মীপুন তৌবশিং, হুরান্নবশিং-ডাকুশিং পুন্নমক

রুপ্নানি ; মখোয় পূম্নমকপু খুম্নমজে । পৃথিবীদা হিংলিবা মী পূম্নমক অমগা-অমগা মুংশিননা লৈম্মিন্নবা পাম্বা ঙাক্ননি হায়বা য়াই ।

অমরোম্নদা, লায়র-অনং, অতোন অত্তাংশিংবু উরগা মীত্তগী অতৎ-অথম লৈতনা পি শিম্থবদ্ধতনদি মীয়াম্না লায়রবা কোক্নুনা মান্ননা মুঙাইম্নিন্নবা ফংগদবা নত্তে । মীত্তগী শিন্থরকপা পি অদুনা থম্মোয়গী পাঙ্গল হেনগৎহন্দুনা লায়রবা কোক্নবা থবক পাঙথোকপদা থব্বায়-হকচাং পাম্মুদনা চোংথোক্নিঙবগী মচাক অমদি ওইবা য়াই ।

পুনসি হায়বা অসিমক্তবু থবক্না হিংবনিনা থবক ওইনা পাঙথোকপা হায়বদুতনা পুনসিগী পান্দম অদু পুরকপা ঙমগদবনি । থব্বায়-হকচাং পাম্মুদনা হোৎনবা হায়বসিতনা থবক পাংথোক্নবগী লাইব্রানি ।

লমজিংবা অমনা নত্রগা থরনা মীয়াম্বু শা-ষণগুম্না অরানবা লম্বীদা মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফনবনি হায়দুনা হোইদুনা পুরগা মীয়াম্বু খুৎলায় ওইনা শিজিন্নবা থেংনৈ । মীয়াম্না মসিদা শিবা কিবদগী পঙথদুনা লৈথোকপা চুমদে । মী পূম্নমক মান্ননা মুঙাইমিন্নদুনা পৃথিবী অসিদা হিংবদু মীয়ামগী অচুম্বনি । মীয়ামগী: অপুনবা শক্তিনা, লিচিং অমত্তদা, পুন্দুনা মান্নবা পুরক্নবগী লানফমদা চোংথোকপা তাবনি । মীয়ামগী অঙাংবা মচুগী অশাবা ঈনা মান্নদবগী লানবন পূম্নমক মাঙহনবা শোয়দনা ঙমগনি । মীয়াম্না পুন্নবদা, অহেনবা ললপৈশিনবশিংনা

মীয়ামগী মেক্লবা ওইত্তুনা মতমকুইনা লৈবা ঙমগদবা নত্তে; মখোয়দি মশানা মশাগী মোংকম তৌজবা ওইত্তুনা লৈরবনি।

মীনা মীবু হাৎনবগী থৌরাং অসি হৌজিক্কী মতমদা থোইদোক্লা মতম অমসুং শেল চঙনা হোৎনবসি পৃথিবীগী মফম-মফমদা উবা ফংলি। খুৎলায় অমত্তনা মী লিশিং-লাখ ঙহাক্তদা শিহনবা ঙম্লি। মীনা মীবু হাত্তুনা শিবসি ক্বিবদগী মী হাৎননবা খুৎলায় য়াম্না পুথোক্লরি। মী অমগী অরানবনা মী লাখ-ক্রোর শিনবা মরম ওইরি। মীগী হিংনবগী উপায় অসি মীবু হাৎপা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রে হায়বসি চপয়ুংনা নিঙনরে। হৌজিক্কী যুগ অসি খুৎলায়গী যুগ ওইরে।

নুংশিনবগী চাং অসি য়াম্না হন্থরে। থাজনদবা অসিসু অন্নুক্কী মতিক হেনগৎলক্লে। মসি মী হাৎনবগী খুৎলায় ময়াম শারিবসিনা তাক্লি। হৌজিক্কী মতমদা খ্বাইদগী হেন্না দরকার ওইরিবদি মী অমগা অমগা, লৈপাক অমগা অমগা নুংশিনবা অমদি থাজনবগী চাং অসি য়াম্না হেনগৎহনবা অসিনি। মপান্থোংদদি নুংশিনসি, হাৎনগুমসি, শক্তি ওইনা লৈনসি হায়দুনা ফনা লাউনরবসু মনুংদদি নুংশিনববু থোইদোক্লা থাজদবা পোক্লরি। শিবা কিরবা, শিনিঙদ্রবা মীনা মী হাৎকদবনি হায়বসি অচুম্বমক্লি নিঙনরকপগুম তৌরে। মীনা মীবু হাৎপা অসি হিংননবগী অমত্তা ঙাযরবা তঙাইফদ্রবা উপায়নি হায়না লৌনরকপগুম তৌরে।

অহেনবা লল পৈশিনবশিংনা মশানা য়ানিঙনা মখোয়গী দরকারদগী হেনবশিংদু মীয়ামদা শিন্নদ্রবদি অদুগা সরকারগী চুক্লি পায়রিবশিংনা ·মীয়াম পূন্নমক মান্নরা নূঙাই-য়াইফনা পান্নবগী লম্বীদা খোঙথাং থুনা চঙশিনদ্রবদি ইকুই কুইদনা মশানা মশাগী মোংফম তৌজবা শোয়দ্রবনি। মীয়ামগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈগী লোইন্নাইদ্রবা ঈচেলগী ঈরাউখোল অসি য়াম্না কনখৎলক্লি। লন্থুম হেন্না পৈশিনবশিংনা মখোয় মশানা য়ানিঙনা, মওং চুন্না, খুংলায় অমসুং লন্থুম পূন্নমক, অদুগা মসিনা পিনবা শক্তিশিং অদুসু য়াওনা, থাদোক্কুনা মীয়াম পূন্নমক্কী নূঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা মান্ননা য়েন্থোকপা অদুদা য়ানিঙদ্রবদি, হাৎন-শুনবা, ঈহিং-নাহিং তানবনা থল্লবা মীয়ামগী লালহৌ অমা নোংমদি শোয়দনা থোক্লবা তারবনি। অদুগা অসিগুম্বা লানফম অসিদা: মীয়াম্না মায়পাকপা ·হায়বসিসু শোয়দ্রবনি।

গণতন্ত্রদা লল্লৈবনা হেন্না-হেন্না লন্থুম পৈশিনবা, অদুগা লায়রবা কাংবুনা হেন্না-হেন্না লায়রশিল্লক্লিবা অসি, শংশংনা উবা ফংলি। অসুম অসুম হেনগৎলক্লিবা খেন্নবগী চাং অসিবু পরপ-পরপ থিংবা ঙমদ্রবদি গণতন্ত্রগী সরকারনা মীয়ামগী খুত্তা মায়থিবা ফংবা হায়বসি মশানা তারবনি।

অরৈবা অমসুং লৈতবা অনিগী মরক্তা খেন্নবা অসি নোংম· নোংমগী অসুম-অসুম খোঙথাং থুনা হেনগৎলকপগা লোয়ননা মীয়ামগী চাবা শেৎপগী হেন্না-হেন্না রাংশিল্লকপা অমসুং

রাশিল্লকপা ওইরক্লি। মান্নবা অমস্তুং চাওখৎপা অসি গণতন্ত্রগী পান্দমনি। অদুবু, গণতন্ত্রগী লুচিংবশিংনা, সরকার পায়বা শাসক ওইরিবশিং অদুনা মীয়ামগী মান্ননা মুঙাই য়াইফবা ওইনবা অমস্তুং চাওখৎনবা শোয়দবা অমস্তুং অথুবা থৌরাং অদু মীয়ামদা পীবা ঙমদ্রি।

গণতন্ত্রগী সরকারনা মান্ননা খুদোংচাবা পিরিবনি হায়বগী মিংদা থবক কয়া পায়খৎলক্লি। মী অমগা অমগগী মরক্তা শরুক চাম্মদগীস্তু হেন্না খেন্ননা শেল ফংহন্নবা শিল্লি, খরবুনা রাংলবা-চাউরবা ফুরা-দলান্দা লৈহন্নবা, মীয়াম্বুনা উনাগী খাঙ-পোকশঙদা অদুম লৈহন্নবা থবক কয়ামুক পাঙথোক্লক্লি; প্রকথম্না চারম্বা, হকচাংফনা লৈরম্বা মীয়ামসি হিংননবতা চাবা ফাওবা য়াম্না রানা ফংহল্লকলি।

গণতন্ত্রগী ওইবা সরকার অদুনা মীয়ামগী মুঙাই-য়াইফ ওইনবা থৌরাংদা পাঙথোকপা ঙম্লোইদবা করি অমুক লৈফম থোকপগে! শাসন পায়বা লুচিংবশিংনা শক্তি ফংদুনা, মদুদা শুমহত্তুনা লৈখিবদগী মীয়ামগী শীংথাবদা লোইনাইদ্রবা অরাবা অসি ফংবা তারিবরা হায়দুনা খন্থদবা য়াদবা মতম অদু য়ৌরবনি।

মীয়াম্না করিগী গণতন্ত্রবু পাম্বনো? মান্ননা মুঙাইবা অমস্তুং চাওখৎপা অদু ওইনবা গণতন্ত্রবু পাম্বনি। হান্নদগী থোইদোক-হেন্দোক্না খেন্নবা ওইশিল্লক্লবদা, মুঙাইবগী মহুত্তা অরাবা, চাওখৎপগী মহুত্তা লৈখাতবা ফংলবদা, গণতন্ত্রগী য়ুমফম ওইরিবা মীয়াম্না মুন্না খন্থদুনা, অমত্তা ওইদুনা মীয়াম্বু

শিংনবা অসি মায়োক্লনবা শেমশাবা তাবনি। মাল্লবা অমস্থুং চাওখৎপবু ফংজ্রবদা গণতন্ত্রগী মহৈ য়ানগদবা নত্তে।

মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইদুনা শাসন পায়বা মী ওইগে চোংথোরক্লিবশিংবু মীয়াম্না য়াম্না চেকশিন্না মস্থুং-হুনজিন্না য়েংবা তাই, মশক শেংনা শেংনা খঙবা তাই। মথোয়না মথোয়গী পুনসিদা পোক্লকপদগী মীয়ামগী করি পাঙথোক্লবা, মীয়ামগী-দমক মশাগী ওইজবা থাদোকপনা কয়া য়াম্না ঙম্লবা হায়বদু মীয়াম্না নিঙথিনা ময়েকশেংনা খঙদবা য়াদ্রবনি। লল্লেবা শেঙ্গাউপায়বনা খূৎলিংহুনা চোংথোরক্লগা মথোয়না মীয়ামগী মহুৎশিনবা ওইদুনা শাসন পায়গনি হায়বস্থু মশিং য়ামশিল্লক্লি। লুচিংবা খরনা মীয়াম্বু উৎ চায়হুনা লায়না মাঙহনবা য়াই হায়বসি করিগুম্বদা মীয়াম্না কাউথোকপা চুমদে।

লুচিংবশিংনা মীয়ামগী মহুৎশিন্দুনা, মাল্লনা শুঙাই য়াইফবা, চাউখৎপা অদু, শাসন পায়হুনা মতমচঙনা হোৎনরবদস্থু পুরকপা ঙমদ্রবদি গণতন্ত্রনা কয়া য়াম্না কুইনা পুনসিন্নুনা লৈখিগদগে হায়বদুদি মীয়ামগী খুত্তা লৈরে।

মতমকুইনা শাংথদুনা মীয়াম্না পঙথদুনা লৈবা ঙমদ্রবনি। অরাম-খোৈরাংবনা হেক্সিল্লকলবদা মী হায়বসিমক্তবু শিবা কিদে হায়নবদুগী অচুম্বা মতম লাকলোইদবা নত্তে।

সরকার হায়বসি কোৎথোকলিবমখৈ চানবা থোরকপা রারীগী চফু অদুদি নত্তে হায়বস্থু মীয়াম্না খঙই। অদুম ওইনমক,

সরকারগী থৌরাং-থৌশিল অদুনা মীয়ামবু পীজবা ওস্মী অমসুং চনা হেলহনবসু ওস্মী হায়বসি গণতন্ত্রবু পান্নবা মীয়ামনা মুন্না খঙই।

মীয়াম, লান্নবা মীয়াম, সমাজগী য়ান্নবা মীয়াম, লান্নবা মীয়ামগী মপান্নাইদ্রবা পাক-চাউরবা মহাসমুদ্র, হিংলবসু শিরবসু লান্নবা মীয়াম মরক্তা, লান্নবা মীয়ামনা থবায়নি, লান্নবা মীয়ামনা মুক্তিনি। লান্নবা মীয়ামগী খুয়াখাগী উফুল্লক্তা তিনখিগনি শিরবদা হকচাংগী উৎনা মালেমথক্তা চোইনা তারবদা।



৪

চাদ্রবদি মী শি।

হিংননবা মীনা হাৎনৈ।

মীয়ামদি চাদত্থনা শিফম থোক্লে। মীয়াম্না শিদনবা চানবা লল্লৈববু হিংহন্দবদা হিংফমথোকপা মীয়ামগী মফমদা অরানবা করি লৈবগে!

করিগুম্বা খুৎলাই অমনা নত্রগা হিদাক অমনা মী অমবু মীকুপ খরদংগী মন্নুংদা শিহনবা য়াই। হিংননবা হোৎনবমুক শিননবা হোৎনবদা অৱাবা অমদি অরুবা ওইদে। চাননবা ফংদতুনা, চৱা হেন্দুনা শিনিংবা কনা য়াওবগে! মীয়ামগী চাকলুক অড্ডু লল্লৈবনা মুনখিবদবগী মীয়াম্না চাবা ফংদতুনা শিবা তারবদি মীয়ামগী মরালগী মতিকচাবা দগিনি হায়না লৈগদ[illegible]! মীয়াম্না শিবা তারবদি লল্লৈবগী করি অধিকার লৈদ্রনা মীয়াম্না লল্লৈববু হিংডুনা লৈহৌনবা করিগী তুম্মিন্না লৈথোকফম থোকপগে! মীয়াম্না শিবা তারবদি লল্লৈববুদি মশানা চেন্নবা তাবনি।

চাদ্রবদি মী শি হায়বসি খঙন-খঙনা ইনাকখুনবশিংনা পুকথন্না চাদুনা হিংলগ লোইরে, মীয়াম্না চরাহেন্দুনা শিরগা লল্লৈবনা করিগী পুকথন্না চাবগী নুঙাইবড়ু ফোংদোক্তনা লৈগদৌ-রিবনো খন্দুনা লৈরি। মসিনা মরম ওইদুনা নুংশিনদবা-য়েংথিনবা, হাৎন-শুনবা অসিগী লোইনাইদ্রবা ঈথক-ঈরাংনা মালেম-পৃথিবীসি শিনবা থুংনা নাকোং পঙশিন্না নিল্লক্লি।

সমাজগা মীয়ামগা অনিগী তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরি লৈ। মীয়াম্না সমাজদগী তোঙান্না লৈবা য়াদে। মীয়ামসি সমাজগীনি, সমাজসি মীয়ামগীনি। সমাজ অমসুং মীয়াম অমত্তনি। মীয়াম্না চরাহেন্দুনা, অরাম-খৌরাংবনা শোম্বদুনা লৈবদু অরাম-খৌরাংবনা থল্লবা সমাজগী অশোনবনি।

ৱাফম অসিগী অচুম্বড়ু মীওইবা সমাজনা মপুংফানা খঙবা ঙমদ্দুনা, তশেংনা চরাহেনবা কোরবা থবকপু পায়খৎলবদি

চানবগীদমক্তা মীনা হাংনবসি ইতিহাসকী লামায়দা য়াওরম্লোই-দবনি। মীয়ামগী খ্বাইদগী চাউবা য়েন্নবা কনানো? মীয়াং চরাহেনহন্নগা হন্নাওবগা লোয়ননা পূকথন্না চারিবা মখোয়দুনি মীয়ামগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্কবা, শিবদা মতিক চান্নবা, সমাজগী মরক্তা লৈবদা মখোয়না সমাজগী মাংনবতা ওইরবা

হিংননবা লানফম! মী খুদিংমক তাইবং-লানবুঙ অসিদ চোংথোক্তুনা হিংননবা হোংনরিবা, পোথাদ্রবা লাম্মী ঙাক্তনি হোৎন-হোৎননা লানফমদা মায়থিবা ফংদুনা, পূকথন্না চাবা ফংদদুনা চরাহেনবগী মশিংনা মশিং লাকঙমদনা লৈরবা, ঈন্নাং হৌরবা পৃথিবীনি। কনাগী মফমদা চাননবগীদমক থোয়ন নোম্লুবা হায়বা লৈতে—মতোমতা অদুম লাকচবগুম তৌই পূকথন্না চানবা চিঞ্জাক্লা ন্নাত্তনা মখোয়দা। মীয়ামগী মফমদদি ফনা কন্না নোমদুনস্থ পূকথন্না চানবা চিঞ্জাক অসি ফংবা ঙমদে। চরাহেন্দুনতা লৈরবা মীয়াম, চিঞ্জাকী লাম্মী, চাননবগী লানফমদা মায়থিবতা ফংদুনা, পূকথন্না চাবা ফংদদুনা শোম্বদুনা লৈবতা থংই।

চরাহেন্নবা, লাম্নবা মীয়াম্না করম্বা ফিভমদা লৈবগে: ন্নারবা মীগী ন্নারী—চাবা ফংদবগী, শেংপা ফংদবগী ন্নারী —চরা হেনমন্দুনা মিৎ কুৎলবা, শোম্বরবা মীয়ামগী মতোঙ য়াওদ্রবা ন্নারী—শরুদা উনশাতনা কুপ্পগী ন্নারী—কনানা তানিংবগে, কনানা থংনিংবগে! মপুঙফাদ্রবা, মরিকচুমদবা মীওইবগী সমাজনি—লাম্নবা, চরাহেন্নবা মীয়ামগী অন্না-অনাগী

ফিভম উরগা মিত্তুগী পি তাবদি ঙম্মী অদুগা পুকথন্না চারিবশিংগী চরাগী তংখায় অমা লায়বা মীশিংদা পিজদুনা চরানোংখন্নবদি তৌদে।

চরাহেল্লবা মীয়াম, চাদ্রবা মীয়াম, লায়বা মীয়াম! লোইনাদনা ৱারবা মীয়াম! চাদবা মীনা হেন্না-হেন্না চাবা ফংদবা, পুকথন্দবা মীনা হেন্না-হেন্না পুকথন্দবা, চরাহেনবা মীনা হেন্না-হেন্না চরাহেনবা, লায়বা মীনা হেন্না-হেন্না লায়বা, পুন্নমক অসিনা নোংম-নোংমগী হেনজিল্লকপা অসিদা মীওইবা সমাজ অসি ঈংনা-লৈতানা লৈবা ঙমদ্রবনি। অরাম-খৌরাংবগী খোল্লাওনা তাইবংঈপাক অসি ঈথক-ঈরাং হৌদুনতা লৈখরে।

মীয়ামগী শাসন—ঐখোয়গী গণতন্ত্র! মীয়ামগী নুঙাই-য়াইফ পুররুবগী ওন্ন-ত্তনবা অদুত্তা ওইদুনা লৈরে। লোই-নাইদনা চরাহেনবা অসিনা মীয়াম্না গণতন্ত্রবু থাজদনা লৈবসি অচুম্বগী মহুত্তা অরানববু ওইরক্লে।

মীয়ামগী শাসনগী মিংদা মী খরনা চুকলী পায়দনা লৈরগা মীয়াম্না চাবা ফংদদনা, চরাহেন্দুনা, অরাম-খৌরাংবনা শোন্থদুনা, মিৎ কুত্তুনা, অৱা-অনা, অরাম-খৌরাংবা খাঙদুনা লৈবসিবু গণতন্ত্র হায়বদুরা!

মীয়ামগী মফমদা মায়থিবা ফংলবা ঐখোয়গী গণতন্ত্র অসিবু খ্বায়দগী ফরবা শাসনগী মওংনি হায়দুনা অস্থম পেন্দুনা কয়া কুইনা থাঙবা ঙমদুনা লৈথোকপদু পামগদৌরিবনো?

মীয়ামগী মহুৎশিনবা, মীয়ামগী লমজিংবা, শাসন পায়রিবা মীশিংনা, হজিন-হজিন্না, মীয়াম্বু পূকথন্না পিজবা ঙমগনি হায়না রাশকপা অদু মীয়াম্না থাজবা ঙমদরে। হন্না-হন্না রাশকপা অদু থবক ওইনা পাঙথোকপা নক্রবনিনা মীয়াম্বু পুকথনহনবা ঙমদরে হায়বসি মীয়াম্না য়াম্না শেংনা খঙলে—রাজনীতিগী মীওইশিং, লৈপাক্কী লমজিংবশিং, মখোয়না হন্না-হন্না চিন-থিদুনতা লৈরে হায়বসি মীয়াম্না তশেংনা উরে।

লাম্লবা মীয়ামনি, চরাহেল্লবনি, পুকথন্না চাদ্রবনি, মীৎ কুৎলবনি হায়বসিবু থাঙ্গেশেংনা অচুম্বমক্কি হায়দুনা নৌহৌনা অমুক পল্লুবগী করি দরকার লৈখিগদগে!

পূক্লিং চঙনবু য়েংলবদি হেক্তা খঙবা ঙম্লবনি—চাদবনা শোম্থরবা মীৎ কুৎলবা মীয়াম! য়ুম-য়ুমদা চত্তুনা চারিঙৈগী মতমদা য়েংবদা মীয়াম্না করি-চারি-থক্লিবগে হায়বদু ইলায় লায়না মীৎমক্তা মাঙমক্তদা উবা ফংলিবা রাফম্নি। পুকথন্না মীয়াম্না চাবা ফংদবা, চারিবা অদুনস্থ হকচাংফনবা ওইদবা, চাননবা লৈতদুনা, ফংদদুনা চরা কয়াস্থ হেল্লিবা, পুম্নমক অসি সুমিৎ খুদিংগী মীয়ামগী মফমদা থোক্লবনি। থোদোক পুম্নমক অসিগী অচুম্বদু খঙন-খঙনা খঙশিন্নদবা, উন-উনা উশিন্নদবা য়াগদবা নত্তে। অচুম্বগী মুর্ত্তি অদু লৈরিবা লাম্লবা মীয়াম অসিনি।

কনাগী ইমুংদা চঙখিবদা-উবা ফংগনি—থোংননবা পোৎ লৈতদুনা চাকখুমদা চফু-উয়াম্না তেংথাদুনা লৈবা—কনাগীনা

চেঙ লৈরগা ইনশাং লৈতদুনা থুম খরগা চাক্তগা চাশিল্লগা পুকথন্না ঈশিং থকচিন্দুনা চন্না নোংখন্নবা। কনাগী ইমুংদনা অরৈবা খরা অদু অঙাংশিংদা পিজরগা মমা মপা ওইবদুনা ঈশিং খরদং থকচিল্লগা পুকথন্না চাবা শাদুনা তুম্মী। অঙাং-শিংনা তন্তনা 'চাক লাম্লে ইমা,' 'চাক লাম্লে ইমা' হায়রকপা তাবদা মমা ওইবীশিংনা করিম্ভ পিজনিঙাই লৈতদুনা মশাগী তোংশা ফক্তুনা মচাশিংদা পিজরসিরা য়ৌনা খন্দুনা মিত্তগী পিনা অতৎ-অখম লৈতনা শিন্থরি !

'চরাহেল্লে.' 'চরাহেল্লে,' হায়দুনা কোয়রাউ-লাউবনস্থ করিস্থ কান্নবা ফংদে—কনানস্থ তাবিবা লৈতে—মাগী মাগী চরাহেন্দনবা হোৎনবদা পুকথনবা ঙমদ্রবদা কনানা কনাগী চরাহেনববু তারুবা ঙমগনি।

নোম্ফমস্থ লৈবা নত্তে—শূরু-নোমুবদগী ফংলকপা শেল অদুনস্থ পুকথন্না চানবা চিঞ্জাক লৈবা কোন্নবা নত্তে। লায়রবগী, অনংবগী, চরাহেনবগী, অরাম-খৌরাংবগী অরাবা - মুঙাইতবা তদু শিগুথাদুনা লোইগদবা নত্তে। মীয়ামগী অসিগুম্বা দষা অসি গণতন্ত্রনা পিনরিবা তাংলবা খুদোন্নি হায়না লৌবা তারক্লবরা !

গণতন্ত্রগী ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা, মীয়ামগী মহুৎ-শিনবনি, লমজিংবনি, শাসন পুন্নিবনি হায়দুনা লৈরিবা অথৌবশিং অসি অস্নুন্না মখা তাথনা ওইদবা-মীনম্বা ঙাঙদুনা,

পাঙথোকপা ঙম্নরোইদবা ম্নাশক কয়া লৌত্নুনা, থবক্তি পাঙ-থোক্তুনা চিন্দা পঙথীদা-থীত্নুনা, মীয়ামগী মীত্তা উৎ চাইশিন্দুনা, কয়া কুইনা, নিঙাইদনা লৈথোকপা ঙমথিগদৌরিবনো ?

হুরানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হায়বা ম্না অমা লৈ। গণতন্ত্রগী শাসকশিংগী পুনশি, মপু ওইবা মীয়ামগী খুবাক্তা শোয়দনা নোংমদি তারগনি।

অম্না-অনাগী খোঞ্জেল, অরাম-খোঁরাংবগী খোল্লাও, তাহৈবা ঙমদরে-থম্মোয় অসি কায়গদৌরে। হিংবদা ম্নারবা মীওইবগী পুনসি ওইরে। মালেম অসিদা খ্বাইদগী হেন্না হিংবদা ম্নারবা জীব অহু মীওইবনা ওইরে। মুঙাইবা মীনা অম্নাবগী ম্না তানিঙবা লৈথিদরে। পুকথম্না চাদুনতা লৈরবা মীশিংনা লামদুনতা লৈরবা মীশিংগী ম্নাথল খন্থবা তৌথিদরে।

লাম্নবা মীয়াম্না লৌরি—লল্লেবশিং অসি খ্বাইদগী চাউবা হুরানবনি, খ্বাইদগী হেন্না তমথিবা, মীনুংশিং খঙদবা, অতোপ্পশিংগী অম্নাবনা মখোয়গী মুঙাইবা ওইবা, সমাজদা মান্নবা মুঙাইমিন্নবদু শিঙনবা, ফত্তবা মাওই ঙাক্তনি। —তশেংনমক মখোয়সি লায়রবা মীয়ামগী য়েক্রবনি।—গণতন্ত্রগী সরকারনা লল্লেবশিংবু য়োকখত্তনা থম্লি। অসিগুম্বা সরকারগী থোওং অসিনা মীয়াম্বু শিঙনরি হায়বসি পুম্নমক্না খঙন-ঙনরবনি।

সরকারগী ফোগৈদা, ইনাকখুনবগী ফোগৈদা, ফো মরাং-কায়না লৈরবসু লায়রবশিংদি চরা হেল্লি, লাম্নবা মীয়াম্না চাবা ফংদত্নুনা শোত্থত্নুনা লৈরি।

ইনাকখুনবশিংনা মতমচুপ্লদা ইনাকখুন্দুনতা লৈনবা, লায়রব-শিংনা মতমচুপ্লদা লায়রদুনতা লৈনবা সরকারনা শিল্লি হায়বসি তোথোরকপা থবক্তগী উবা ফংই।

শাসকশিংনা মীয়াম্বু, লায়বা অমস্তুং লায়ররবা মীয়াম্বু মুংশি হায়বসি, তশেংবমক্তি, চিনবান্দা খোয়হি তৈবা পুক্‌্‌নদনা ছ ফুম্বা, মীয়ামগী মীত্তা উৎ চাইশিনবা থবক্নি।

ঐখোয়গী সভ্যতা, ঐখোয়গী সংস্কৃতি, ঐখোয়গী ধর্ম্ম, পুম্নমক অসিনা চাদ্রবা শেক্ত্রবা মীয়াম্বু নমথদুনা থম্লি চরা হেলহল্লি, ফি শেংহান্দ্রি, লামদুনতা লৈহল্লি। সভ্যতা-সংস্কৃতি ধর্ম্ম, ইনাকখুনবগী থুংলায়নি লায়রববু নমথননবা।

লায়বা মীয়ামগী ঈদা তোংদ শরুদা চঙদুনা লৈবা তমথিরবা মহিকশিং, মতমচুপ্লদা মীয়াম্বু শোম্নহন্নবা মহিকশিং অদু, ইনাক-খুনবশিংনা অমস্তুং ইনাকখুনববু য়োকখৎ থাকংলিবা সরকারনা ওইরি।

মীয়ামগী অরা-অনাগী মখোয়া কনাগী নাকোংদা তাহৈবা ঙমদনা নিল্লবস্তু, মীয়ামগী য়েক্লবশিংনদি থম্মোয় পান্দবগুম্বা তাশিন্নদদুনা লৈথোক্নি। তুমদবা মী হোৌদোকপা লুই হায়ব-গুম্বা মখোয়গী থম্মোয় পেংথরক্লবা নোথরক্লবা উপায় অসি ইলায়লায়না পুথোক্লবা ঙম্বা নত্ত্রি। মতাং অসিদা, লায়বা মীয়ামগী লোয়ইনাদ্রবা ঈগী মহাযজ্ঞ অমা চংই।

খোৱাং, খোৱাং, সরকারগী লোইনাইদ্রবা খোৱাং, মীয়াম্বু চরাহেনহন্নবা খোৱাং, শোম্নদুনতা লৈহন্নবা, অরাম-খোৱাংবা

কোকপা লৈতনবা, মথং-মথং পায়খোরক্লিবা থৌরাং, মীয়ামগী ওইরিবা ফিভম অসিদগী অহোংবা পুরক্নবা নত্তবা থৌরাং, থরগীদি য়াইফ-মুঙাই থৌরাংনি, মীয়ামগীদি মৃত্যু স্বরনি।

সরকারগী লোইনাইদ্রবা থৌরাং অমদি মীৎয়েং অসিনা মীয়াম্বু পুকথন্না পিজবা ঙমগনি হায়বসি থাজনিঙাই লৈত্রে। চরাহেন্দবা অমনা চরাহেন্নবা অমবু মপানাইদনা মুংশি হায়বদা চুম্মী হায়না লৌবস্থ য়াই; অদুনা পুঁকথন্না পিজবা ঙম্নবগী বা ংমদি নত্তে।

সরকারনা অমদি সমাজনা মীয়াম্বু নোক্লব্রি করেম্নরি। লাম্লবা, চরাহেন্নবা, লায়ররবা, নংলবা, শেক্লবা-চাক্রবা মীয়াম্বু ঐখোয়গী সভ্যতানা, ঐখোয়গী সংস্কৃতিনা, ঐখোয়গী চৎলিবা ধর্ম্মনা, য়াম্না শাথিনা, থওই-উশিত্তনা করেম-কথায়নন। নোংক্লরিবসি থঙন-থঙনা থঙজিন্নদবা শারি। ঐখোয়গী গণতন্ত্রগী সরকারনা মীয়াম্বু নমথনবতা হোৎনরি।

কবিশিংনা য়ারবা মীয়াম, লাম্লবা মীয়াম, নংলব মীয়াম পুম্নগী অরা অনাবু থাদুনা ফজ-ফজরবা, থাগৎনরবা, শুমহৎনরবা কবিতা কয়া ইরি। চরাহেনবগী-লাম্বগী অরা-অনাশিং অদু থাদুনা ইরি। লৈফম লৈতবগী অরাবা, শেৎনিঙাই লৈতবগী অরাবা, চানিঙাই লৈতবগী অরাবা, মচাথায়না-মরিকচুম্না ফোঙদোকত্তুনা ইরি, থিরি, শকলি। মথল-মথেল কয়াগী অরা-অনা পুম্নমক থাদুনা, চিথবা লৈতনা, হৈশিংনা-ফজনা, ইরিবশিংদু পাবদা, তাবদা থম্মোয় থুক লাউহনবা ঙম্মী —লায়না মীত্তগী পি তাথিবা থঙহৌদে।

অসিগুম্বা কবিশিংবু লোইবা নাইদনা থাগৎনৈ — মনা-মথুম কয়া পিড়না তত্তনা ইরক্লবা থৌগৎনৈ। মখোয়গী কবিতাশিংদু য়োন্দুনা, শক্তুনা কবি কয়া-কয়ানা শেলথুম য়াম্না ফংডুনা অহাও-অথুম পুকথন্না চাড়না চাউরবা-কজরবা যুমদা লৈদুনা, অরু অহেন শেত্তুনা য়াম্না নুঙাই-য়াইফনা লৈনৈ।

সমাজনা মখোয়বু ঈকায়খুম্নৈ—সরকারনা মখোয়বু য়োকখৎ-থাক্কত্তুনা থম্মী—ইনাক-কৈরাক খুনবা, শেংপা-চাবা ৱাত্তবা, নুঙাই-য়াইফবা পূম্নমক্না অসিগুম্বা কবিশিংবু থাগত্তুনা-শৌগত্তুনা থম্মী।

মখোয়গী অসিগুম্বা কবিতাশিংবু পারগা, শক্লবা, মীয়ামগী অরা অনা, অরাম-খৌরাং, লায়র-অনং খরদং ওইরবস্থ কোকপা ঙম্বগী ৱাদি লৈতে। মীয়াম্না চাদবা-শেত্তবা, লাম্বা-খৌরাংবা, লায়রবা-নংবা অদুগী ইবা কবিতাশিং অদুনা মীয়াম্বু খরদং ওইরবস্থ ফিভম ফগৎহনবা ঙম্বগী ৱাদি লৈতে। অহাঙবা মতম য়াম্না ফংবা অপাবা খরদং অদুগী নুঙাইনবা-মতমলেন্নবা অদুগী ৱাতনি। মসিনা তাকপদি—ইরিবস্থ-পারিবস্থ অনিমক্না মীয়াম্বু নোক্নবনি—করেম্নবনি। চরাহেনবগী ৱারীবু তারগা নুঙাইনা মতমলেনবা ঙম্নবদি তারিবস্থ-লীরিবস্থ মীয়ামগী তশেংবা য়েক্লবনি।

ৱারীইবা, উপন্যাসইবা, নাটকইবা, ৱারেংইবা অসিন-চিংবা কাঙবুস্থ অদুমঙাই। চরাম-চদৎনরবা, ফিজেৎ-ফিগায়

শেংলবা লায়র - অনংগী ৱারী কয়া-কয়া লেপ্পা লৈতনা ইরি —রঙ্গমঞ্চদা কয়া অমস্থ উৎলি। অইবশিং, অয়োনবশিং শেল কয়া-কয়া ফংলি—অপাবশিংনস্থ হরাও-মুঙাইবা কয়া অমা ফংলি। নাটকস্থ অদু মঙাই—অইবা, অউৎপা, অয়াওবা মুপা-মুপী কয়ানা লায়র-অনংগী ফিভম মখল-মথেল উৎলি—মখোয়না শেল ফংই, মিংচৎ ফংই। —লায়র-অনংগীদি করিস্থ কান্নবা ফংদে। সিনেমাদস্থ অদু মঙাই—য়াওরিবা পুন্নমক অদুনা য়াম্না লায়রবা-নংবা মীয়ামগী ৱারী কয়া উৎলি—শেল য়াম্না ফংবা, মুঙাই য়াইফনা লৈবা মীশিং অদুনা য়াম্না নংগ্রবা, চানিঙাই-শেৎনিঙাই লৈতবা শাই; অনংবা শাদুনা শেল য়াম্না তানশিনবা ঙম্মী। মস্থম্না তৌবসিনা লায়রবা কোকহন্নবগী মরম ওইবগী মহুত্তা হেন্না-হেন্না লাইরশিল্লক্লবা ওই।

তশেংবমক্তি, লায়র-অনং, অৱা—অনা, শেন্ত্রবা-চাদ্রবা লাম্লবা মীয়াম্বু পুকথন্নচাবশিংনা নোক্লবনি। চরাহেল্লবা মীয়ামগী ফিভম উস্তুনা মখোয়না শেল তানবনি, মিংচৎ তানবনি, মীয়াম্বু নোক্লবনি-করেম্নবনি।

ইনাকখুনবা ময়াম তিন্নদুনা, অতৎপা লৈতনা লায়র-অনংবু অস্থক-তমথিনা করিগী নোক্লরিবনো, করিগী করেম্নরিবনো!

শেত্ত-চাদবগী ফিভম অসিদি নোংম-নোমগী ফক্তবা অস্থম হেক্তিল্লক্লি — ফজবা ৱারী, মুংশিবা ঈশৈ, শুমহৎলবা জগোয় শাথেক লাম্লবশিংগী মফমদদি হূ পিজবগা চপমান্নবা থোক্লি।

পুক্লিং মুঙায়নবা, হন্নাও তয়াম্না নোক্নবা, থম্মোয় মকালাম্নবা মীওইবনা অহানবদা পুকথম্না চাবা তাই। অহানবদা হিংননবা চাবা, মথংদা পুম্নমক!

মতমকুইনা লৈরক্লবা চন্নাহেনবা-শেত্তবা-লায়রবা মীয়ামগী ফিভম ক্ষগৎপগী মহুন্না হেন্না-হেন্না ফত্তবা মওংদা লৈহনবা পাম্লিবা অহোংবা লৈত্রবা মীওইবা সমাজ অসি তশেংনমক লায়বা মীয়ামগী য়েক্লবনি।

ঐখোয়গী ধর্ম্ম--মীয়ামদা চংলু হায়রিবা ধর্ম্ম—ধর্ম্মনা মীয়াম্বু কৈশুমশংদা থম্লি।

পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্মশিংগী লুচিংবশিং, শন্দোক্লিবশিং, চহি যুগ কয়া লান্না লৈরক্লবস্তু মীয়ামগী অন্না-অনাদি নোংম-নোংমগী তক্তনা হেনগংলক্লি।

মন্দির, মসজিদ, গীর্জা, মশিং হেনগৎলক্লিবা অদুক্কী মতিক মীয়াম্না চন্নাহেনবা, শেত্তবা, নাবা, শোত্থবা, লেপ্পা লৈতনা—মপান্নাইদনা হেনগৎলক্লি।

লল্লেবশিংনা দান তৌদুনা ধর্ম্মগী সংস্থান কয়া লিংখৎলি, শৌগৎলি; সংস্থানশিং অসিবু হিংসা তৌবসি পাপনি হায়দুনা শন্দোকহল্লি। নাকল অমদনা মখোয়না হিংসা তৌদুনা মীয়াম্বু মতমচুপ্পদা চন্নাহেলহন্দুনা, লায়রহন্দুনা, নংদুনা, নাদুনা-শোন্দুনা লৈনবা হোংনৈ।

ইনাকখুনবা মাগী অরৈবা কয়া পুথোক্লুনা লায়র-অনং-শিংদা দান তৌদুনা দানবীর হায়বা মীংথোন্দু ফংনরি। মীয়াম্না

ইনাকখুনবগী দান ফংডুনা নোংমফাদোক চরানোংখম্নবা নম্তুনা লায়রবা কোকপগী রাদি লৈতে। দানবীর হায়বা মীংথোন ফংনবা মীয়ামদা চিরোন তৌবনি। ইনাকখুনবা কনানা লায়রবা কনাবু লায়র'কোকহনবা পাম্বা নত্তে।

চহি লিশিং অমা, অনি. অমস্নুং অহুম হেন্না লৈরক্লবা পৃথিবীগী ধর্ম্মশিংনা লায়র-অনংবু চরাহেন্দুনতা লৈনবা, ইনাক-খুনবশিংনা মখোয়গী লনগৈত্নু অস্নুম-অস্নুম হেক্সংনবা শিল্লি হায়বসি হৌজিক্কী ওইরিবা মীওইবগী সমাজনা সাক্ষীনি।

মীয়াম্না খঙই—ধর্ম্মনা মীয়ামগী পুনসিবু তপ্না-তপ্না অস্নুম হাংলি। শেক্তুনা-চাদনা, লায়রনা-নংনা, শোম্থনা, পুনসি লেনবা অদুদা পেন্নদুনা লৈনবা ধর্ম্মনা মীয়ামদা তম্বীরি। শিবগুম্না লৈয়ু, মতমচুপ্পদা শোম্থদুনা লৈয়ু হায়বসি ধর্ম্মনা মীয়ামদা তম্বিরি।

খুংলায় পায়যু. লানফমদা চোংথোকউ, শিবা-চঙবা খন্দবা লাম্থেংনৌ, লায়র-অনংগী য়েক্লবশিংবু তুম্না মাঙহল্লু হায়বসিদি ধর্ম্ম অমত্তনস্নু মীয়ামদা তম্বিবা লৈতে। লাম্লবা মীয়ামগীদি পুকথম্না চাবা অদুত্তনা ধর্ম্মনি।

সরকারগী লৈরিবা আইনশিংনা গণতন্ত্রগী মিংদা মীয়াম্বু পুন্দুনা থম্মী—চাদনা-শেত্তনা লৈরিবা মীয়ামগী ফিভম অসিদগী ফগংনবা হোৎনগে নিঙন্থনা খজিক্তুং কোক হাইগৎলকপমক্তদা আইনগী থাঙশাংনা নাতোনমক্তদা ঙায়দুনা হেক্তা মরৈরম্মী।

লৈবশিংগী মরল-মথুম লৈরিবা পুন্নমক্কু কায়দনা-লেঙদনা লৈনবা, অতুগীস্তু মথক্তা অসুম-অসুম হেক্তংলক্লবা, থরগী য়েংতুনা শেম্বা আইনশিংনা লায়রবা মীয়াম্বু নমথনবা সরকারগী খুৎলায় ওইনা লৈরি।

মী হাৎনবা, মীয়ামগী থরায় লোনবা খুৎলায় অমস্তুং উপায় অসি মপাল্লাইদনা লৈখিবা মরম্না সরকারনা অমস্তুং সরকারনা য়োক্লিবা লৈবশিংনা মীয়াম্বু শা-ষণগুম্না য়াম্না তোম্না য়েংলি।

লৈবা, লৌশিংশিংবা, লাইরিক-লাইশু হৈবা, মহৈহৈরা মখোয় পুন্নমক্তা সরকারনা মনা-মথুম পি, সম্মান তৌই, য়োকখৎ-থাকত্তুনা থম্মী, মুঙাই-য়াইফনা লৈহল্লি, পেন্না পিজৈ। মখোয়না পাল্লিবা-খঙনরিবা মীওইবা সমাজ অদুদা মীয়ামগী রা সুকপান-পন্নদে। মখোয় পুন্নমকনা সরকারবু শোগৎতুনা থম্মী। মরমদি সরকারনা মখোয়না মুঙাই-য়াইফনা লৈনবা শিল্লি। মখোয়গী সরকারনি, সরকারগী মখোয়নি।

লায়বা মীয়ামদি পুকথম্না পিজবিনবা লৈত্রি। সরকারনা পিজরি নোংমগুলি ভুধা ঙমদক্লুনা লৈরি মীয়াম্না

---

## ৫

মতমকুইনদগী মীওইবনা নিঙতমদনা অমদি অফা-অপুন কয়া নাম্থোকপা ঙমদনা ৱানা লৈরক্লবনি। অদুনা মীগা মীগা মান্নদবা অসি মীওইবগী সমাজদা সভ্যতাগী মঙাল ফাওরকপদগী লৈরকলবনি। অদুগা মীওইবা অসি মান্নদনা অতুম পোক্লক্লবনি। মীশিং অসি মনিংমখাতম্নবু থাদোকলবদি মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা মান্নদবা অদু অম্মুক্কী মতিক হেন্না-হেন্না ফোংদোক্লরকই।

মীওইবদা মানা-মানা পাম্বা অদুতা ভোজবা য়ানবা মপান্নাইদবা মনিংমথাভম্বা অদু পিথোক্লবদি অমগা অমগা মান্নদবা অসি সমুক্রগা লানথোংগা থেন্নবগুম হেন্জংলকই। মসি মীওইবগী অভোনবা লীচৎনি।

মীগা মীগা মান্নদবা অসিগী হেন্জংলক্লিবা খোঞ্জেল অসিবু নিঙথিনা থিংদুনা-খামদুনা থমগে হায়রবদি মীগী মপান্নাইদ্রবা নীংতম্বা হায়বদু অমুক লোথোকপা ভাই। নীংতম্বা থাদোকপা, নীংতম্বা থিংবা অসিবু ভোত্রবদি মান্নদবনা হেন্জংলকপা অসি নমথবা য়াদে।

আর্থিক অবস্থাগী হায়বদি শেৎন-চানবা পোৎচৈনচিংবগী মান্নবা পান্নিবশিং অদু কনা-কনানো অদুগা কনা-কনানা থেন্নবশিংসি অদুম লৈবা পাম্বগে হায়বদু খঙবা ভাই। য়াম্না হেন্না পৈশিল্লবা, শক্তি য়াম্না লৈরবা মখোয়শিং অদুনা মান্নবা অসি করিগুম্বদা পাম্বা লৈতে হায়বসি ঐখোয়না ইতিহাসকী লামায় খুদিং ফাকপদা থেংনগনি। তোম্বুনা লৈরবা, অরাৎ-অহোনা মায়কৈ শিল্লবা, নৈহৎপিরবা—শোম্বরবা মখোয় অদুত্তনা মান্নবা পাম্বনি।

পুকথম্না চাবা ফংদ্রবশিংনা পুকথম্না চারিবশিংগুম্না পুকথম্না চাবা পাম্বনি—পুকথম্না চাবশিংনদি পুকথন্দনা চাবা পামদে। মান্নদবনা মরম ওইদুনা অরাম্বা-খোরাংবা, অরাবা-অনাবা ফয়ানা কোয়শিন্দুনা লৈরবা মখোয়তনা মান্নবা পাম্বনি-চাবগী, শেৎপগী লৈবগী।

লায়বা মীয়াম্না অরাম-খৌরাংবগী অপুনবা খোল্লাও অমত্তং হেক খোকহনবদা, পুকথল্লা চাবশিংনা লাম্রবশিংদা নোংমৈগুলি পিজবসি মতমকুইনা লৈরক্লি। নোংমৈগী মপান্তুনা পুকথনবশিংগী সরকার লিংবনি, নোংমৈগী মহোন্দা গণতন্ত্রনা হিংখনি। পুকথনবা কাংবুনা লাম্লবশিংবু খরদং নেমথহনবা য়াগদরা খন্দুনা মচিন্দতা গণতন্ত্র হায়বনি।

লায়বা-শোল্লবা-নংলবা-চমথবিরবশিংনা বরিগুম্বা মায়বগী খোল্লাও অমত্তং থোকহনবা ছায়বদি মতুবু পুকথনবশিংনা লৌই—শোল্লবা, ফত্তুবশিং অসিনা নোংমৈগুলি চানিংতুনা লাওরিবনি, গণতন্ত্রদা নোংমৈগী মতোন্দা থবায়না নিক-নিক লাউনা ভেংথাদুনা লৈ হায়বসি পঙলবশিং অসিনা খঙক্রি। মসিনি লাম্লবা মীয়ামগা পুকথল্লবা কাঙবুগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অসি। পুকথল্লবশিং অদুনা শাইরোংনি, লাম্লবশিং অদুনা শেন্দাংনি। মসিবুনি মীওইবা সমাজগী মান্নবা অমদি নীংতম্বা হায়দুনা খোজেল হৌনদি লাউরগা মখোলদি তাবা ফংদ্রিবা অসি।

পুকথল্লিবশিং, আর্থিক অবস্থা ফনা লৈবশিং. সমাজগী চুক্লি পায়রিবশিং অসিনা অরাং-অপা লৈতনা, মরাংকায়না চাই, থকই, শেংলি, চংলি, হিল্লি, তুম্মি, নুঙাইনা-হরাওনা মতম লেল্লি; অদুগা, মখোয়না চারিবা চিঙ্গাকশিংতুবু খোকহল্লিবা, মথুংনা শু·নোমদুনা রানা হোংনরিবা, শেংননবা ফি শারিবা

অমদি শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ পুন্নমক পুখোকলিবা লৌমী-শিন্নী-থৌমী পুন্নমক অসিনা চানবা-শেংনবা কংনবুনা লৈরি, চানবা লৈতবুনা চন্না কন্না লেপ্লি, শেংনবা ফি লৈতবুনা অইং-অশা কয়া থাগুলি, লৈনবা ফুম কংনবা লৈরি, হকচাং কত্তনা-মোংনা শিরুম-নারুম ফিংলি, মীগুম-শাগুম ফিভম পোকনা থাগুলি।

পোথোকহল্লিবা কাগুবুনা য়ায়া য়ানা-তোম্বনা নাকল অমদা লৈরবস্থ কাগুবু অমনা পোথোকশিং অসিবু হরাও-তয়ান্না, পেন্না-মুগুাইনা শিজিনবুনা লৈ। মসিদা মথোয়না করিস্থ অরাবা-মুগুাইতবা ফোগুদোক্তে, মীগুইবগী হৌনশা ওইবা থৌজানহৈবা-মুংশিহৈবা-মীমুংশিথগুবনচিংবা পুন্নমক অহু মথোয়না নমশিন্দুনা থম্মী; "ময়মদি, গুণ পুন্নমক অসি চেন্নুবনা মথোয়গী পোস্থমগী পুকৈনা ময়েংতাবা নত্তনা হেক্লংনবা মরম ওইদে। পুক্তে ময়েংতাথিগনি থন্নুবদা, মথোয়গী থম্মোয়মুংদা চাবা-শেংপা ফিভম থিরবা মীশিংবু মুংশিবা, থৌজালহৈবা কাওরবস্থ, মস্থু ফোগুদোক্তনা থম্মোয়মুংদা অতুম মাগুহল্লি, করিগুম্বদা ফোগুদোকপা তৌদে, ময়মদি মসিনা মথোয়দা করিস্থ লম্থুম হেক্লংহন্নবা মরম ওইদে।

ওয়-তৈনবদা, মথোয়না চন্নাহেনবা মী উরগা নোক্লবা হোৎনৈ, অশোন-অনা উরগা হরাওবা গুম্মী। অসিগুম্বা অরৈবা মথোয়শিং অসিনা গণতন্ত্রগী ফুকপি পায়রি—মীয়াম্থ নমথতুনতা লাকপি।

মরম কয়ামুক অসি লৈবনা লাম্লবা মীয়াম্না যুগ কয়া লাম্না ফিভম ফগৎপা ঙম্মদনা লৈরিবনি। মীগী থম্মোয়গী অওনবা অমা নত্তনা নোংমৈনা, খূৎলায়না মান্নবা-মুঙাইবা পুরকপা ঙমগনি হায়বসি ওইথোক্লরোইদবনি লৌরবদা, মীওইবগী থম্মোয় অসিনা মীয়োল-মীয়োলগী অহোংবা লাকপদা থিংবা ঙমগদবা ওইবা উপায় অমা মীওইবনা উবা ঙমদ্রি। মী খুদিংগী থম্মোয়নুংদা অফবা লৈ, ফত্তবা অন্থু অফবা ওইরক্কনি হায়বসিদি ফিদম ওইবা ব্রানি। ফিদম ওইবা ব্রাফম কয়াদা মীয়াম্না শুমহত্তুনা লৈরগা পুকথম্না চাবা ফংগদবা নত্তে। হৌজিক-হৌজিক থবকওইনা পাঙথোকপা য়াবা লম্বী অদুত্তনা লাম্লবা মীয়ামগী অমত্তা ঙায়রবা চঙজফম ওইগদবনি।

কুনাগুম্বা মহাত্মানা অহিংসা-সত্য-প্রেমগী লম্বীদা চরা-হেন্দুনা শিবা ঙম্বস্থু য়াই; তৌইগুম্বস্থুং, লাম্লবা মীয়ামদি, লৌমী-থৌমী-শিন্মীদি মখোয়না থোকহনবা পোত্থোকশিংন্থু মীনা হুরানগ্রবদা তুম্মিন্না চরাহেন্দুনা লৈথোকপা ঙমদে। মীয়ামগী চাকলুক অন্থু ইনাকখুনবশিংনা মুনগ্রবদা অহিংসানি হায়দুনা নোংমদি চরাহেন্দুনা লৈথোকপা ঙম্বস্থু য়াই; অদুগা, থংন-থংননা চরা কয়ামুক মুনখিবা তারক্লবদি অমস্থুং মীয়াম্না চরা-হেন্দুনা শিবা তারবদি মীয়াম্না তুম্মিন্না লৈথোকপা ঙম্মোই— মীয়াম্থু মুংশিবা থংক্রবা লল্লৈববু শিননবা হোৎনবা নত্তনা লাম্লবা মীয়ামগী হিংননবা উপায় অমত্তদা লৈত্রবনি।

চাকলুক হুয়ানবা মখোয়শিংন্তু তশেংনমক লায়বা মীয়ামগী য়েক্লবশি। মখোয়শিংন্তু মীয়ামদদি তশেংনমক তমখিব্বা, ফত্তবা মীওই ঙাক্তনি। অসিগুম্বা তমথিরবা মীওইশিং অসিদা সরকারনা সুংশিহৈবা উৎলবদি, অওইবমকস্থ, লায়বা মীয়ামগী মাঙতাক্লবা তৌরবনি হায়না লৌদবা য়ারোই। মীয়াস্থ ওৎ-নৈরবা মখোয়বু সরকারনা ঙাকপিবা তারবদি থাঙ্গৈশেংনমক লায়বা মীয়াস্থ ব্রাহনবনি হায়না মশানা লৌবা তাবনি।

কনানা মশামক্লা হুয়ানবগী থবক তৌদ্রবস্থ হুয়ানববু শৌগত্তুনা, য়োকখৎ-থাকত্তুনা থম্লবদি, খুৎথেংননা হুয়াল্লিবা অদুদগী হেন্না চাউরবা মরাল নৈরবনি হায়বসি খঙক্কম থোকপনি। সরকার অদুগী থৌওংগী মতুংইন্না মীয়াম্না হেন্না-হেন্না লায়রনবা, চরাহেন্নবা, লৈখাতানবা মরম ওইরবদি, সরকার অদু মীয়ামগী য়েক্লবা ওইবতা নত্তনা লল্লৈবা কাঙবুগী খুংলায় ওইনা নৈরবনি হায়না মশানা লৌবা তাবনি। কোম অমা তৌদুনা য়ুম্ফম থোনবদা, কোম লুরিবা অদুক্কী মতিক য়ুম্ফম অদু ব্রাংবা তাবনি —মসিগী দায়ীদি কোম তৌহল্লিবা হায়বদি য়ুম্ফম থোলহল্লিবা মহাক্তুনি।

মী অসি পুকথন্না চারবদি মুঙাইনা-ঈংনা লৈবা ঙম্মী; চাবা ফংদদুনা লাল্লবা মতমদদি পুথ্রীদা ঈশিংনা লৈবা ঙানা কংফান্দা শিরমদাই -মতমদা তৌবগুম্না ইরাং য়াম্না হোই। মীওইবগী ঈংনা-মুঙাইনা লৈবা হায়বসি চানবা-শেৎনবনচিংবা রাত্তবা মতম অদুতদা ওইবনি।

মীওইবগী ধর্ম্ম, অফবা শাজং-লিচৎ পুম্নমক থম্ন-নৈনরকপসি পুকথম্না চাবা ফংলবা মতম অত্তুগী রানি। লাম্নবা মীয়ামগীদি চিঙ্গাক অত্তুনা ধর্ম্মনি, ঈশ্বরনি। পুকথম্না চারবা মী অত্তুনা অহিংসা হায়বসি অথোইবা ধর্ম্মনি খনবা ওম্মী। পুকথম্না চাত্রবা, লাম্নবা মী অদুনা খল্লি—ধর্ম্মগী অহানবা রাহৈ অত্তুমক মীনম্বনি। ধর্ম্মনা লাম্নবা মীয়ামদা অহিংসাগী মন্ত্র পিত্তুনা মতমচুপ্পা শোম্নহন্দুনা থম্নবা হোৎনৈ।

চিঙ্গাক্না রাৎলবদা, মীয়াম্না লাম্নবদা, চরাহেল্লবদা লৈপাক অদুনা ঈংনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। চিঙ্গাক্না চিনগা য়েংনবদা চিম্না য়াম্না হেল্লবদি মশানা ইরাং য়াম্না হোৌবা তাবনি—হিংসা ভৌনরকপা তাবনি, হাৎন-শুনবা থোক্লকপা তাবনি।

হিংননবগী লানফম হায়বা অসিমক্তবু থব্রায় মাঙনবা নত্তনা লানঙম ফিরাল থোৎপা য়াগদবা নত্তে হায়বসি য়াম্না চুমগ্রবা রানি। মীয়াম্না খঙই—পৃথিবী অসি মখোয়গীনি—মালেম লৈমায়থক্তা উরিবা পোৎ অমস্তুং পোথোক পুম্নমক অসি মীয়ামগীনি—মী খরতনা খুৎলায়গী মপাম্না মপু শাদুনা মীয়াম্বু শোম্নহন্দুনা থম্বনি।

পুকথল্লশিংনা শিবা কিত্তুনা, চানবা ফংদত্তুনা শিদনবা, খুৎলায় পায়ত্তুনা মাগী লনগৈ-ফৌগৈ অদু ঙাক্তুনা লৈ—হেঞ্জিল্লকপা অমস্তুং মথব্রায় মাঙহনগনি হায়না লাউথোকই;

অহেনবা-অরেম্বা পুন্নমকস্থ মীঙোন্দা পিথোকপা লৈতে। লাল্লবা মীয়াম্নস্থ, চাত্রবদি শিবা ত্তাবনিনা, মথল্লাম্ন পাম্মুদনা, খুৎলাম্ন পায়দুনা চিঙ্গাক থিবা চোংথোরকই। অরৈবা অমস্থং লৈতবা অনি অসিগী থেঙ্গায়নবা অসিনি ঐথোয়না মীওইবগী ইতিহাস হায়রিবসি। মীওইবনা মীহাৎপা পামদবা মতম অদু ঙসি ফাওবগী ইতিহাসতা থেংনরক্তি।

মতম-মতমগী সরকারনা শেম্বা আইনগী মথাদা মী হাৎপবু সমাজনা অশেংবনি-অচুম্বনি হায়না লৌনরক্লি। গণতন্ত্রগী লৈরিবা আইনশিংনা অরৈবশিংগী থরায়বু ঙাকশেল্লি, অদুগা লৈতবশিংবু নমথনবা ওইরি। অস্থুম তৌনা লাল্লবা মীয়াম্না যুগ খুদিংগী ঙকহাইগৎপা ঙমদনা লৈরক্লি। পৃথিবীগী ধর্ম্মশিংনা অরৈব-শিংবু শৌগৎলি, অদুগা লৈতবশিংবু নুংশিয়ু হায়রি; অম-রোমদনা, কনানস্থু লায়র-অনংশিংবু চান্নমক্লা নুংশিবগী থবক্তি পাঙথোকস্নু খঙহল্লি।

ধর্ম্মনা অসিমস্থু হায়রি—মশা মতোমতবুদি পুকথন্না চারগা লাল্লবা লায়র-অনংবু থওইনা তৌবিদ্রবা হায়বদি লামহন্দুনা থল্লবদি মহাক অদু নরক তাই। শেৎপা-চাবা নিঙবা থুংদ্রবা, লাল্লবা, নৈহৎপিরবা, নমথবিরবা মীয়ামসি যুগ-যুগ খুদিংদা লৈরক্লি, অস্থুম-অস্থুম মশিং হেঙ্গৎলক্লি হায়বসি পুকথন্না চারিবা, ধর্ম্মবু য়োকথাক্লিবা ধর্ম্মাবতারশিংনা খঙগদবনি। লায়র-অনং মীয়াম্বু নুংশিগদবনি হায়রগা মীয়াম্না শুমহস্তুনা লৈরক্লি।

ধর্ম্মগী য়াশিং অসি মীয়ামদদি নেশা পিজবদগী হেন্না মাঙ-তান্নবা ওইরি। ধর্ম্মাবতারশিংনা হায়রিবশিংদু মখোয় মশানস্থু খবক ওইনা পাঙথোক্তে—মীয়ামদদি পঙতাক্ত-তাকই পাঙ-থোকউ হায়না। মসিদা মীয়াম্না খঙদে—পাউতাকশিং অদু পাঙথোক্নবা নত্তে, পাউতাকপিবশিংদুনা মুঙাই-য়াইফনা লৈবা য়াননবনি।

মীয়াম্না লামছুনা লৈরক্লিবসি লেপত্রবা ঈচেন্নি। লাম্লবা মীয়ামগী ঈগী মহাসমুদ্র অদুদা পুকথনবশিংনা খোই থারগা অহাউ-অহাউবা ঙা ফাদুনা চারগা, তাইবংনিম্না, 'ঈশ্বরদি মুংশিবনি' হায়দুনা খূৎকা-চিনগা মান্নদনা লাউরি। শিবা কিরবা মীয়ান্না চরা হেক-হেক হেনবনা শোম্থদুনা লৈববু খূৎনা স্বর্গ লাম্বা ফংলবনি খন্দুনা লৈথোক্লক্লি।

ধর্ম্মলৈবা, ধর্ম্মচেনবা, ধর্ম্মখঙবা, ধর্ম্মতৌবা, ধর্ম্মচৎপা ধর্ম্মপাম্বা মী অদুবু কনানি হায়সিগে? থাঙ্গেশেংবমক্তি, ফুরা-দলাল কয়া শারিবা, তীর্থস্থান কয়া লৈরিবা, লাইরিক কয়া লৈরিবা, মীৎনা উবা ফংলিবা পোৎ পূন্নমক অসিদি ধর্ম্ম নত্তে, ধর্ম্মবু শোগৎনবা থৌরাং ঙাক্তনি। লমচৎ-শাজৎ-লিচৎ য়াওদবা মহাক অদুদি ধর্ম্মগী মরমদা মরি লৈনদবা মীনি হায়বা য়াই।

জ্ঞান পূন্নমক্তগী অথোইবা ওইবা, জ্ঞান পূন্নমক্কী অরোইবা ওইবা অদু লমচৎনি হায়বসি অচুম্বনি।

মীয়াম্নগী ওইবা ফিদম্নফম ওইবা লমচৎ অদু করি ওইবা হৌনবগে হায়বদু ঐখোয়না নৈনবা তাবনি। ধর্ম্ম পুন্নমক্তগী অথোইবদি নীতিধর্ম্ম অসিনি—লমচৎনা মীওইববু ঈশ্বরগী লম্বীদা চিংশিনবা ঙম্মী।

মীওইবগী লমচৎ অসি সমাজগা মরি লৈনবা ঙাক্তনি হায়বসি অচুম্বনি। বিচারপতিনা অচুম্বা রায়েনগী রাখল থাদোকপা তৌদনা রাথোক খুদিংমক লোইশিল্লবদি রায়েন-শঙদা চৎপা মী খুদিংমক্না অচুম্বা ফংদুনা পেম্নগনি। মুংশিবা, থৌজালহৈবা, পুকচেলচাওবা অমসুং অতৈ-অতৈ গুণশিংসিসু মী অমগা অমগা মরি লৈনবদা ফোংদোক্নবনি। হায়বা ইনবা অসিসু ঐখোয় মশেল মরি লৈনবদা ফোঙদোক্নবনি। ইরৈপাক মুংশিবা হায়বসিসু অদুমঙাই।

তশেংনা হায়বা তারবদা, অফবা লমচৎ চৎপা মীদুনা মতোমতদা কান্নবগী রাদা নত্তনা সমাজগসু মরি লৈনবনি। অচুম্বা চৎপা অমসুং অতৈ গুণশিংসি অতোপ্পা মীগা মরি লৈনদবনি, মপুং-ফানা লনাইগী ওইবনি হায়বসু য়াওই। তৌইগুম্বসুং, ঐখোয়না য়াগদবা রাফম অমদি অচুম্বা ঙাঙবা অদুনা ঐখোয়না অতোপ্পা অমদা মাঙহনবদু থিংই; মী অমদা মীনম্বা ঙাঙবনা অমসুং নমথাক তৌবনা মঙোন্দা মাঙনবা তৌবনি হায়বসিদি শন্দোক্না হায়রুদ্রবস্ত খঙনরবা রানি।

মী অমনা চৎনবী খরা নত্রগা নিয়ম-আইন খরা য়ানিংদদুনা

সমাজদগী তোঙাম্না লৈবা তারবস্থু মহাক্না সমাজগা লৈনবা মরিম্থু ককথৎনরে হায়বা য়ারোই । অসিগুম্বা মী অদুনা ম্বাখল-মঙলানগী তাইবং অমদা লৈরিবনি । মহাক্কী মঙলানগী তাইবং অদু হৌজিক কাওবা ওইদ্রে হায়দুনা মহাক্না মুংনাংলুবা তৌদে । মহাক্কীদমক্তদি হৌজিক ওইরিবা সমাজগী ফিভম অসি অফবা ওইদ্রে হায়বসিতনস্থু অফবা নত্তবশিংসিবু মুথৎনবা হোৎননিংবগী পুকচেলদু মত্তিকচানা চেনহনবা ওম্মী । মহাক্কী আদর্শগী পুনসিগী মওং অদুদা অতোপ্পা মীশিংবু ওইহন্নবা মহাক্না তত্তনা হোৎনৈ । মতৌঅস্থুমতৌনা ধর্ম্মশন্দোকপশিংনা পৃথিবীগী খোঙচৎশিংবু মখোয়না পাম্বা লম্বীশিংদুদা চৎহল্লি ।

মীনা মশা-মশাগী ওইজবা থিড়নতা লৈরিমখৈ অমস্থুং অতোপ্পশিংগী মুঙাইনবা খন্দ্রিমখৈ মীনা শাদগী থোইনা হেঙ্গৎপা লৈত্রি । অহোইনদুম হেন্না লৈখাত্তানা হিংলিবনি হায়না লৌবা তাবনি । মীনা শাদগী হেন্না মথকথোংবা জীবনি হায়বসি মীনা মাগী ইমুংগী-কাঙবু মীশিংবু য়োক-থাব্লবা মতম-দুত্তদা এ্রখোয়না খঙবা ঙম্মী । মীনা শাদগী থোইনা হেন্না রাংবা, অরাংবা থাক্কী মী অমা ওইরে হায়বসি মহাক্না মাগী ইমুংবু মুংশিবদুদগী হেন্দোক্তুনা মরৈপাকী অমস্থুং মজাতিগী মুঙাই-য়াইফনবা খনবা ঙম্লব্বা মতমদুদা ফোঙদোরকই । মীওইবা জাতিসি মাগী ইমুংগুম্না লৌবা ঙম্লবা মতমদুদা মীনা থোইনা অমুকহেন্না রাংবা থাক অমদা কাখৎলকই । মী অসি শানি

নত্ৰগা মী ওইনা য়াম্না মপুংফাদবনি হায়বসি মীনা মীওইবা জাতিবু সেবাতৌবগী ৱাখল্দগী য়াম্না থাপ্তোক্লবা মতমদা হায়বা তাবনি। মী অমনা মাগী মুপীগী নত্ৰগা মাগী কাণ্ডবুগী অৱাবা-অমাণ্ডবা অস্তুতবু খণ্ডলগা অতৈ অতোপ্পশিংগীদি করিম্ম সুংশিহৈবা পোক্লুবা ঙমদ্ৰবদি মানা মীওইবা জাতিবু অপুনবা ওইনা সুংশিবা ঙমদ্রি হায়বসি তশেংলবনি। মাগী মুপীবু, মচাশিংবু অমদি মৱিমতাতব্ সুংশিবদি তশেংনা মশাগীতা ওইজতানবনি-মাতগী খনবা ৱাখল্লি। মসিদি মাগী অফবদু মীয়ামগী অফবদা য়াঙৱবনি হায়বদু খঙবা ঙমদবদগীনি।

মী খুদিংমকপু অমত্তা চিংথদনা ঐখোয়না সুংশিবা ঙমদ্রিব-মখৈ ঐখোয়না ধৰ্ম্ম চক্রিবনি অমদি অচুম্বা লমচত্তগী থাপ্পা লৈরিবনি হায়বসি খঙদবা য়াদবনি। অৱাংবা থাক্কী লমচত্তি পুম্নমক কোনগদবনি, মীপূম খুদিংমক চিংগৱোইদবনি। ঐখোয় ইশাগা মীওইবা জাতিগা লৈনৱিবা মৱিসি খন্থরুরবদি মী খুদিংনা ঐখোয়দগী তানফমথোকপা য়াম্না লৈ—ঐখোয়না মী খুদিংদা মুঙাই-য়াইফনবা খন্দুনা তৌফমথোকপা থৌদাং পাঙথোকপা তাই। ঐখোয়না মী অতৈদগী অপাম্বা করিম্ম লৈতনা মখোয়গী মফমদা সেবা কয়ামুক তৌবা তাই। অতোপ্পগী সেবাদা থৱায়-হকচাং লুপ্লবা মহাক্তুদি তেংবানবা মপুনা মতমচুপ্পদা ঙাকপি-শেনবি হায়বসি পুম্নমক্না খঙনৱবনি।

অসিগুম্বা লমচৎ অসিগী মতুংইন্নদি মী পুম্নমক অসি

অমস্তা চিংথদনা মান্নবা লৌকম থোকপনি। মসি হায়দুনসু মী থুদিংগী ফম অমস্তুং থবক মান্নগনি হায়না লৌরোইদবনি। মসিনা তাকপদি মী অমনা অন্নাংবা ফম অমা পায়রবদি মদুগী থবকশিং অমস্তুং দায়ীত্বশিং অদু পাওথোকপা ওম্বগী শক্তিহু মীদুগী মতিকচানা লৈবনি হায়বদু তাকপনি। মীহুনা মাগী ব্রাখল লান্না খন্দুনা অপিকপা দায়ীত্বগী থবক তৌরিবা মীশিংবু মাগী মখাতাবনি হায়না খল্লোয়দবনি। মান্নবা হায়বসি ঐখোয়গী পুক্রিংগী মওং অদুদা লৈরে ; ঐখোয়গী পুক্রিংদা পুম্নমক মান্নবনি হায়বদু ফাওবা ওমদ্রিবমথৈ ঐখোয়না চাওখত্তনা লৈবা তাবনি।

মান্নবা খনবা হায়বা মীওইবগী লমচৎকী মওং অসিগী মতুংইন্নদি লৈপাক অমনা লৈপাক অমবু মখাপোনহন্না ব্রায়েনথৌদাদুনা থম্বা য়াদে। আমেরিকাগী নত্রগা অতৈ চাওখৎলবা লৈপাক অমগী মীশিংনা মখোয়গী আদিমজাতিগী মীশিংবু অনেম্বা থাক অমদা থম্নবগী মওংদা শাসন তৌরবদি মদু অচুম্বা লমচৎ নত্তবনি। চাওখৎলবা জাতি অমনা চাওখত্রবা জাতি অমগা মরিলৈনরবদি চাওখৎলবা অদুনা চাওখত্রিবা অদুবু থাক মান্নবা লৈননবা হোৎনফম থোকপনি।

অসিগুম্বা মীওইবগী নীতিধর্ম্ম অসিগী মতুংইন্না নিংথৌ নত্রগা শাসক মীয়ামগী মনাইনি, ওম্নতৈননা মীয়ামগী মপুনি হায়না লৌরোইদবনি।

সরকারগী থবকতৌবশিংনা মখোয়দা পিরিবা শক্তিশিং অত্তুনা মরম ওইত্তুনা মশা-মশাগী ওইজ-ওইথক তান্দুনা মুঙাই-য়াইফনা লৈনবা তৌফম থোক্তবনি ; মখোয়গী মথৌদি মীয়াম্বু মুঙাইহনবনি—লায়বা মীয়াম্বু পুকথয়া পিজবনি । গণতন্ত্রগী শাসন লৈবা লৈপাক অমগী মীশিংনা মশা মশাগী ওইজবা য়াম্না তাল্লবদি লৈপাক অদুগী করিস্থ অফবা ওইররোইদবনি।

মান্নলা লৌবা হায়বা নিয়ম অসিগী মতুংইন্না লৈপাক অমগী নত্রগা কাঙবু অমগী অকনবা মীশিংত্তুনা অশোনবা মীশিংবু ঙাকপা তাই ; অকনবা-অশিংবনা অশোনববু-অপঙববু ওৎনৈবা অদুগী মওংদু সুকলৈ-লৈহল্লরোইদবনি ।

হায়রিবা মওংশিং অসিগী সরকার অমা পুরকপা ঙম্লবা লৈপাক অদুদা মীয়ান্না চরাহেনবা লৈররোইদবনি—অমনা-অমনা কাহেন্না লম্পুম খোমজিন-পৈশিনবা অদু উররোইদবনি—মরমদি, ঐখোয়না য়ুমলোন্নবশিংনা লান্না-খৌরাংনা, ফিভম চাদনা লৈবদু উরুরগা ঐখোয়না করিগুম্বদা মুঙাইথোকপা ঙমদে। অরাংবা থাক্কী লমচৎসি চৎলবা মীত্তুনা করিগুম্বদা লম্পুম পৈশিনবগী থবকসি তৌররোইদবনি । ফিদম্নফম ওইবা লমচৎ অসিবু চৎলবা মীত্থনা অতৈনদি থোইনা ইনবিদে হায়বগী কিরুনিঙাই লৈতে ; মরমদি মানা মাগী লমচৎ অদুগী মপুনি—মদুগী মহৈদি মাগী নত্তে । মহাক্না অসিগুম্বা লমচৎপু চত্ত্রগা মশাবু মরাল্লৈরবনি হায়না লৌগনি ।

মহাক্কী নত্তবা লমচৎনা সমাজদা করিসু অকায়বা পিত্রবদি মহাকপু কনানসু লাল্লে হায়না লৌরোই—মহাক মহাক্কী শাজৎ-লমচৎ অদুগা সমাজগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরি লৈনৈ। মহাক্কী লমচৎনা মীওইবগী পুনশিবু কণৎহনবরা নত্রগা লৈথা-তাহনবরা হায়বসি ঐখোয়না তোয়না-তোয়না খন্দুনা য়েংগদবা ওই।

পুম্নমকসিদি মীনা লন্নাই-লন্নাই ওইনা হোৎনরগা ওইবগী রানি। য়াম্না রাংলবা-ফজরবা ফিদম অসিদি মতমচুপ্পদা মাঙদনা লৈরগনি।

লাম্নবা মীয়ামগী অরাম-খোরাংবা অসিবু মতমচুপ্পদা অসুম লৈরগদরা!

ঐখোয়না চহি চা কয়া চঙনা খল্লরবা মতুংদা খঙবা থরা লৈ।

হৌজিক্কী ওইরিবা মীওইবা সমাজগী ফিভম অসিবু, লাম্নবা মীয়াম্না পুকথন্না চাবা যংনিংনবদি, মীয়াম পুম্না খুৎলায় পায়বা লালহৌ অমগীদমক শেমশাবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা উবা ফংদ্রি; মসিদা সরুবায়না মীয়ামগী মতেং পিবা তাবনি; নত্রবদি মীয়ামগা সরুবারগা ঈগী মহাসমুদ্র অমদা মায়োৎবা তাবনি। মসি নত্তবা, লাম্নবা মীয়ামগী অরাম্বা কোম্নবা অতোপ্পা উপায় অমা ঙসি ফাওবা মীওইবনা উবা ফংদ্রি।

মীওইবগী থম্মোয়না করি-করিগুম্বা মতমদা খর-খরদং

পঞ্চেরকপঙম তৌনা উবর্তনি—অয়াম্বা মতম্‌দা লেংন্দ্রবা অকনবা থম্মোয়না মীওইবগী চহি লিশিং মরি-মঙাগী ইতিহাসপু ঙাম্মোয়দুনা লৈরি।

লাম্লবা মীয়াম্বা মতম-মতমগী লালহৌ দরকার লৈবনি—খুৎলায় পায়দুনা লানফমদা চোংথোক্কবা য়াদবনি ; নত্রবদি মতম-মতমগী লাম্লবা মীয়াম্বা চরাহেন্দুনা, অরাম-খৌরাংবা থাঙবা ঙমদত্তুনা, হেক-হেক পুন্না-পুন্না শিবা তারকই।

হিংবা পাম্লবদি লাম্লবা মীয়াম্বা খুৎলায় পাহুয়না লাল-হৌবা তাই।

খৎন-চৈনদনা, লাল শোক্নদনা, খুৎলায়গী পায়দুনা কিবা লৈতনা, মীওইবনা হিংদুনা লৈবা হৈত্রি হায়বসি ঙসিফাওবগী ইতিহাসতগী খংবা ঙম্মী।

হৌদোংনা উচি লাক্কবা মতম অমা লাকপস্থ য়াই। উচি লাকপসি হৌদোংগী মহৌশানি হায়বা ঐখোয়না য়াদে। অদুবু হৌদোংগা উচিগা পাত্র অমত্তদা চামিম্নরগদবা মতমহু ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রি।

লাম্লবা মীয়াম্বা লাম্লবা মীয়ামগী লাইবক লেপচগদৌবনি।

ঙসিফাওবা মীওইবনা খুৎলায়গী মপাম্ভাংদনা হিংবা হৈত্রি।

অদুমক্তদা মীয়াম্বা শোম্থদুনা লৈরি।

লাম্লবা মীয়ামগী মরমদা থ্বাইদগী [illegible] ঙকপা অমা লৈ—লাম্লবা মীয়াম্বা চানবা ফংদ্রবদা, চরাহেম্লবদা তম্থদুনা-শোম্থদুনা লৈথোকই ; চানবা চিঞ্জাক ফংনবা খুৎলায় পায়দুনা

নত্রগা খোল্লাওতনা ওইরবস্নু চোংথোক্লুনা অমুক্তুং ফাওবা হোৎনদে, চোংথোক্কেফাওবা নিঙদে ; মপুংফানা নিঙবা কায়ত্নুনা লৈথোকই ; অরাম খৌরাংবনা থুমহত্তুনা চেকমোক লাউদনা শিদোকই ; মসি তশেংনমক অঙকপনি।

তশেংবমক্তি, লাল্লবা মীয়াম্না তম্থবা-শোম্থবা থাদোক্লুনা খুৎলায় পায়ত্নুনা অমুক্তুংবু চোংথোক্লবদি শোয়দনা চাবা-শেৎপা ফংদবা পূন্নমক খঙহৌদনা মাঙখিগনি।

---

# সম্পূর্ণ ক্রান্তি

ভারতকী মীয়াম হৌগৎলক্লে। স্বরাজ ফংলবা চহি কয়াসিগী মন্নুংদা মীয়াম্না অরাবা কয়া খাঙবগী তেংথা-নাওইনদুনা লৈরি। অরাম থৌরাংবা লৈরি। মমল ৱাংবা অমসুং করপ্সন লৈরি। হৌখিবা চহি কয়াসিদা লায়রবা হেঙ্গৎপসি মর তানা চথরক্লি। ভৌজ্জিক ঐখোয়গী লৈপাকসিদা ওইরিবা ফিবমসি মসিনি।

নমথবা-নৈহৎপা অমসুং মান্নদবা অসি লোইবা লৈত্রি, অদুগা লায়রবা অমসুং মমল হেনবা অসিসু লোইশিনবা লৈতে। অসিগুম্বা সমাজগী লু-তোংদা চাশিল্লক্লিবা লায়নাশিংসি অসুম অসুম ফিবম ফত্তবা ওইশিল্লক্লি।



মী খরতনা মহৌশাদগী হেন্না কান্নবা ফংবা অদুগা শেল-থুম পৈশিনবা ওম্বসি অসিগুম্বা সমাজগী লায়নাশিংসিনা পীবনি। শীনবা থুংনা শন্দোক্লিবা করপসন অসিনা থৌরাং পূম্নমকসি পথা-পুমথহনবা ওইরে। অসিগুম্বা ফিবমসিদা লায়রবা মীয়াম্না করি তৌগনি? সমাজবাদনা লায়রববু কান্নহনবা ঙাবনি; তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী ভারত অসিদদি রাজনীতি ম্যাওবশিং অমসুং সরকারগী মকোক ওইবা কর্ম্মচারীশিং অসিতবু কান্নহল্লি।

মুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়গী লৈপাকসি কন্তুবদগী হেন্না ফজুবদা চঙশিল্লি; অম্নন্না ওইরিবসিবু করম্না মীয়াম্না খাঙলিবা অদুগা ফিবমসিদা করম্না হিংতুনা লৈনবা শিল্লিবা হায়বদু ঙক্লিংঙাইনি। পেন্দবা, অশাউবা অদুগা ফাজিন্দুনা থম্নবা লালহৌনিংবগী পুক-চেল অসি মীয়ামদা লৈরবনি; নোংমদি শোয়দনা ফোঙদোক্লগনি। সরকারনা পাংথোক্কনি শক্লিবা রাশক ওন্থোক্লা য়াম্না লৈরে; অদুবু মসি পুন্নমকসিবু করম্না সরকারদা পাঙথোকহনগদগে ? ঐখোয়না অমোংপশিং অসিগী হৌরকফমশিংদু করিনো হায়বদু খঙবা তাবনি। সমাজগী হকচাংগী কায়াৎ অমত্তসু হৌজিক পুন্নমক শিন-থুংলবা ফত্তবা অমোংপা অসিদগী কোমথোক্লা লৈবা নত্রে। চম্নবা মীয়ামগী পুন্সিশিংদা অমোংপশিং অসিনা চংখরে, ইমুং খুদিংদসু চংখরে। হৌজিক্কী ওইরিবা মওংশিং অসিনা মী খুদিংমকপু তঙাইফদনা করপ্সন তৌবদা চঙশিলহল্লে।

মফম খুদিংদা করপসন লৈরে; ললোন-ইতিক কারবারদা, শূ-নোম্বা ইণ্ডষ্ট্রিশিংদা অদুগা অতোপ্পা মফম খুদিংদা করপ্সন লৈরে; শাসন অমসুং রাজনীতিবু কুপশিন্দুনা লৈরবা করপ্সন অসিবু খুদুম চনশিনবা ঙমত্রিবমখৈ শিন-থুংলবা করপ্সন লাক-শিনবা ওইথোক্কবনি। হায়রিবা মফমশিংসিদগী করপ্সনবু মরু য়াওনা ফুক্তোকপা তাই।

রাজনীতি অমসুং শাসন অনিসিনা মফম কয়াদা করপ-সনবু শোগত্তুনা থম্মী। মীয়াম্না মায়োক্নরিবা, তারিবা অরা-

অনাসিনা মীয়ামগী থম্মোয়শিংবু থোইদোক্লা পেন্দ্রবশিং অমসুং হিংসাগী ঈহৌশিংনা থলহল্লে হায়বসি সরকারনা খঙবা তাবনি। মীয়ামসি পেন্দবনা থন্না লৈরে ; মসিগী মরমদি অর্থনীতিগী থৌরাং শোয়বা অদুগা থন্না লৈরবা করপ্সন অসিগী লাংদা মীয়াম্না থুদুংনা লৈরবনি। করপসন্না থল্লবা অমসুং অর্থনীতিদা শোয়বা কয়াসিনা খাঙবা ঙমদবমখৈ পাথোক্লুনা লৈরে অমসুং লায়রবশিংবু হেন্না রাংল্লে। অসিগুম্বা পেন্দবসি কোক্লনবা অচুম্বা অমসুং মহৈ য়ানবা উপায় পুথোকপদু হৌজিকমক মতম চারবনি।

অশেংবা রাখন্দা, গণতন্ত্রদা খ্বাইদগী অথোইবা অথোয়্রিটি ওইবসি মীয়ামনি : মীয়াম্না মখোয়গী মথুত্তা রাকমশিংসি লৌশিল্লে, মসিমক য়াম্না ফবা অমসুং তরাম্না ওক্লিংঙাই ওইবা ঈহৌনি ; মখোয়না শান্তিপূর্ণ ওইবা পেন্দবশিং অমসুং অপাম্বশিংদু ফোঙদোকই অদুগা মখোয়গী অনিঙবদু সরকারদা তঙায়ফদনা তৌহল্লি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী অপূনবা শাজৎ-লীচৎকী মওংসি ওয়নবা অমসুং শাজৎ-লীচৎকী মপুংফাবা য়াওন অমা পুরক্লবা য়াম্না নাতৈ চানরবা খুদোংচাবা অমা মীয়াম্না হৌবসিদগী ওইরক্লি।

করপসন মুথৎনবা নক্রগা খুদুমচনবা ঙম্মবগীদমক মীয়াম্না মখোয় মশাগী লালসি থেংনবা তাবনি। মীয়ামগী লালহৌ অমা লৈরকপা ওইরসনু। অসিগুম্বা আন্দোলনসি কনানসু থিংবা ঙম্লোই। নোংম-নোংমগী মমল হেন্নৎলক্লি। করপ্সনসু হেন্নৎলক্লি,

শেঙ্গা-থুমজাঙ্গ হেনগৎলক্লি। থবক ফংদবস্ত্র অস্তুম অস্তুম শন্দোরক্লি। মসিদা মীয়ামগী ঈহৌবু কনানা থিংবা ঙমগনি!

আন্দোলন অসিগী দাবী মরি লৈ— করপসন মুথৎপা, মমল হেন্সৎপা থিংবা, থবক ফংদবা কোকহনবা অদুগা ওম-তৈনবা শিক্ষাগী হৌজিক ওইরিবা মওংসিদা অওনবা পুরকপা অসিনি। অপুনবা সমাজগী শকফম অসিবু ওস্নোকপা নত্রবদি হায়রিবা মথক্কী অওনবশিংসি পুরকপা ওইথোক্কে। রাফম মরি অসিগী থবকশিং পাঙথোকপদা মীয়ামবু রাহন্দুনা থম্লিবা রাফমশিংবু লোইশিনবা ঙমগনি। মরম অদুনা, মরুপ পুন্নমক, মপুঙফাবা সমাজগী য়াওন (টোটেল রিভোল্যুসন) অমগীদমক চোংথোক-পিরক্লো।

থৌরাং তৌরবা চাওখৎ-খোঙথাঙগী অহানবা অমস্তুং খ্বাইদগী মরু ওইবা পান্দমদি লৈপাকসিগী মী খুদিংমক্কী পুন্সিগী মুমিৎ খুদিংগী চঙবা পোৎশিংদু ফংহনবা অদুনি। আন্দোলন অসিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা থবক মরিগী মনুংদা অমদি থবক ফংদবা কোকহন্নবা দাবী অসিনি। অনিশুবা দাবীনা করপসন মুথৎনবা তৌবা অসিনি। ঐনা রাজনীতিগী অমস্তুং শাসনগী করপসনবু অহানবদা লৌখৎলি। মরমদি, মরুদি মসিদা লৈরে, মীয়ামগী পুন্সিগী হীরম থৌওং পুন্নমকপু রাজনীতি অমস্তুং শাসনগী করপসন্না য়োমশিন্দুনা লৈরে। অহুমশুবা দাবীনা মমল রাংবসি পীকথবন্নবা তৌবনি। মরিশুবা দাবীনা শিক্ষা শেম-দোকপনি।

ঐনা আন্দোলন অসিবু টোটেল রিভোল্যুসন অমা ওইনা লৌই ; সমাজগী, অর্থনীতিগী, রাজনীতিগী, সংস্কৃতিগী, শিক্ষাগী অমসুং লমচৎকী মায়কৈদা মসিনা হৌরককয়দগী ওইবা অওনবশিং পুরকনি। হৌজিক ওইরিবা অসিদগী পুমথেন-খেন্নবা অনৌবা সমাজ অমা, পামদবা শকওংশিং থ্বাইদগী য়ামদবগা লোয়ননা, আন্দোলন অসিদগী ওইরকনি। ঐখোয়না অনৌবা ভারত অমা পাম্মী, মসিদা লৈরিবা প্রজা মীয়াম খুদিংমক্না চিথদনা মুংঙাইবা পুন্সি লেনগনি অদুগা মসিদা ঐখোয়না ঙসি উরিবা লায়রবা অমসুং ইনাকখুনবগী কাহেন্না খেন্নবসি লৈররোই। অমনা অমবু নমহৎপা মাঙখ্রগনি। সমাজগী ফত্তবশিংসি লৈররোই। আইনগী অচুম্বনা অনৌবা সমাজগী মওংসিদা লৈগনি। অর্থনীতিগী মায়কৈদা অওনবা কয়া পুরকনি। মসিনা ঐখোয়গী সমাজগী থ্বাইদগী শোনবা অমসুং থ্বাইদগী লায়রবা ওইবা মখোয়শিংবু অহানবমক্তদা ফগৎহন্নবা থবক পায়থৎকনি। হৌখিবা চহি কয়াসিদা থোকখিবা পুম্নমকসি ওন্ন-তৈনবা মহৈ ঙাক্না ওইখরে। লায়রবা হেঙ্গৎলক্লে অদুগা মসিগা লোয়ননা ইনাকখুনবা অমসুং লায়রবগী খেন্নবসু হেঙ্গৎলক্লে।

মপুঙফাবা য়াওনগী আন্দোলন অসিদগী, ওন্ন-তৈননা চাওখৎপা ওইবশিংদগী কন্নবা উপায়শিংদু অদুম লৈরকনি। সমাজগী ফত্তবশিং শোক্ক-পন্নবা য়াদবা কাওবু অমসুং জাৎকী খেন্নবশিংসি মাঙথিগনি। ঐখোয়গী সমাজগী চৎনবীশিংসিদা মপুঙফাবা য়াওন অমা পুরকপা ঙম্নবতদা য়াওন অসিগী মপুঙফাবা ওইগনি।

অউনপোৎ পীবনচিংবগুম্বা সমাজগী ফত্তবশিংসি মাঙহনবা তাই। অনেম-অৱাংগী খেম্নবশিংসি মপুঙফাবা য়াওন ওইৰকপদা লোইনা মাঙখিগনি। ঐখোয়না পুন্সিগী লম্বী পুন্নমকসি ওন্থোকপা পাম্মী। অসুম্বা তৌরবতদা অশোক মহারাজগী মতমদা ফংখিবা অৱাংবা খুবমদু ঐখোয়গী লৈবাক্তা অমুক হন্না ফংগনি।

মীয়ামগী অপুনবা পুন্সিগী মওংগী য়াওন পুরকপনা মপুঙফাবা য়াওনগী পান্দমনি অদুগা মায়কৈসোমদা ঐখোয়না চঙশিনবা তাই। সমাজগী চৎনবিবা অপুম্বসি ওন্থোকপা দরকার লৈবনি, মসুং খমথেংবদগী ওন্থোকপা তাবনি। চঙশিনগদৌরিবা লানফম অসি ঙমখৈ নাইবা পান্দম খরতগী নত্তে হায়বসি নিঙশিংগদবনি। মসিগী পান্দমশিংদি মখল-মথেল য়াম্মী, ভারতকী লৈরিবা গণতন্ত্রসি শেংহনবা অমম্তং মৱা চেৎহনবা, তশেংবা মীয়ামগী রাজ লিংখৎপা, ওৎ-নৈবা অমম্তুং চুমদবশিং লৈহন্দবা, শিক্ষাগী অমসুং সংস্কৃতিগী অওনবা পুরকপা, অনৌবা ভারত অমা শেম্বা অসিনা মসিগী পান্দমনি। মসিনা টোটেল রিভো-ল্যুসনগী অহৌবনি। অদুনা মরুপ পুন্নমক, নখোয়না মসিগী ঙাকশেনবা ওইগদবনি।

মপুঙফাবা সমাজগী য়াওন অসিদা চৎনবিবশিংস্তু মীয়ামস্তু পুন্না ওনবা তাই, অমনা অমগী মতুংদা নত্তে, মতম অমত্তদা ওনগদবনি। মী থুদিংমক্তা সমাজগীদমক লৈবা অদুগা সমাজনা মী থুদিংমক্কীদমক লৈবা সমাজগী মওংদু নোংমতদা ওইহনবা ঙমগদবা নত্তে। সমাজগী য়াওন অমত্তা নোংমতদা ওইথোকপা

য়াদে। মরমতুনা ঐখোয়গী আন্দোলন অসি অসুম মথং মথং চখরকপা ওইগনি।

শান্তিপুর্ণ ওইবা উপায়শিং শীজিন্নবনা ঐখোয়গী আন্দোলনগী মহৈ য়ানবা ওইগনি। লানজঙ অসি অশেংবা অমসুং চৎনয়ারবা গণতন্ত্র শ্লিংখৎনবগীদমক্তনি। শান্তি নত্তনা গণতন্ত্রনা মরা চেৎপা অমসুং পাঙ্গল কনবা ওইবা য়ারোই। শান্তি অমসুং গণতন্ত্র অনিসি পৈশাগী মমায় অনিদুগা পাংখক্লি। শান্তি অমসুং গণতন্ত্র লৈরবতদা অশেংবা মীয়ামগী সরকার লৈরকপা ওইথোক্তনি। হিংসাদা ঐখোয়না থাজবা লৈতে; মসিগী মরমদি ঐখোয়না গণতন্ত্রদা থাজবননি। ঐখোয়না মীয়ামদা থাজবা থম্মী। ঐখোয়না মীয়ামগী খুত্তা শান্তি পীবা পাম্মী। শান্তি ওইনা অওনবা পুরকপা নত্তনা ঐখোয়না অতোপ্পা লম্বী পামদে।

সমাজগী য়াওন অমগী পান্দমদি মী খুদিংনা মাগী তৌবওস্বগী মতুংইন্না থবক তৌবা অদুগা মহাক মহাক্তী দরকার লৈবগী মতুং ইন্না ফংবা অসিগী থৌশিল অদুনি। অহিংসা ওইবা য়াওনদা অরিবা থৌশিল থুগায়বা অদুগা অনৌবা থৌশিল শেমগৎপা অনিসি খুৎশম্নদুনা পুন্না চৎমিন্নৈ। সমাজনা থম্মোয়সুংদা থৌরাং তৌদুনা লৈত্রিবমখৈ সমাজগী য়াওন ওইরকপা লৈতে। মসি য়াওনশিংগী বিজ্ঞানগী মশানা ভাজবা মওংনি। সমাজগী য়াওন অমসুং ইতিহাসকী ওইরকপা মওংদগী সমাজগী য়াওন নক্রগা রিভোল্যুসন পোকই।

লৈরিবা সমাজগী মওংসি করক-মীহৌবা, মশা মশাগী ওইজত্তানবা, মীনুংশি খঙদবা, অচুম্বা চত্তবা, ওৎ-নৈবা অমস্থং মান্নদবা লৈবা পূম্নমকসিগা লোয়ননা লোইশিনখিনবা শীনবা তাই। মওং অসি লোইশিনখিনবা অহিংসাগী পান্থৈ থুনা পান্ন-খৎপা নত্রবদি হিংসাগী পান্থৈ চঙশিল্লকনি। ঐখোয়গী শক্তি পুম্নমক খাকপা লৈতনা শীজিন্নদুনা থুনা পাঙথোক্লবগী রাখল অমগা লোয়ননা ঐখোয়গী ইথৌ পাঙথোকপদু মপুঙফানা দরকার ওইরবনি। ঐখোয়গী পুন্সিপুম্বসি আন্দোলন অসিদা কৎ-থোকপা তাই।

থা ১২ গী মনুংদা মপুঙফাবা সমাজগী য়াওন পুরকপা ঙমগদবা নত্তে, অদুগা মসিগী মহৈয়ানবা পুরক্লবগীদমক চহি ৫০ চঙগদবস্থ নত্তে। লানগী খোঙথাঙদা চহি মঙাদা থবকশিংসি পাঙথোকপা ওইথোকই হায়বসি ঐখোয়না হন্ন-হন্না হায়খ্রে। য়াওন খুদিংমক মশানা মশাগী লাইরিক ইজৈ। মসি মীয়ামগী আন্দোলন অমনি।

মতম শাংনা চঙগদবা য়াওনগী থোঙজিন্দা ঐখোয়না লৈরি। হৌজিককী যুগকী থরায়ন্না লাউরি—মান্নবগী, নীংতম্বগী, ইচিন-ইনাও ওইবগী, থৈক্ত য়াওদবা সমাজগী ফিদমশিংদু ফংনবগী-দমক; গান্ধীজীনা হায়খি মতুঙ্গি মীগী থম্মোয়দগী হৌবা অদুগা অরোইবদনা সমাজগী মপানগী মওং ওনবা মীওইবগী য়াওন ওইগনি। মসি আধ্যাত্মিক ক্রান্তি অমা ওইগনি।

লৈবাকসিগী আধ্যাত্মিকী লৈহৌরিবশিংনা অসিগুম্বা য়াওন অমগীদমক নীংশিংল্লুনা লৈরি। লৈবাকসিগী নাহারোলশিংনা আধ্যাত্মিক জান্দা মতমচুপ্পদা পুক্নিং চণ্ডুনা লাক্লি। তোমথিন ওইবা আধ্যাত্মিকভাগী মোইবুংত্র পুক্নিগী লানফম ময়ায়দা শ্রীকৃষ্ণনা খোংবা মতমদা মহাক নাহা ওইরিবনি। সীদ্ধার্থনা মহাক্কী নৌনা পোকপা মচানুপা রাহুলবু মহাক্কী নাহা ওইরিবী নুপীগী মতম্বাক্তা তুমদ্রুনা লৈরিঙৈদা থাদোকখিবত্রু অত্রুগা মপালৈত্রবা সংস্কৃতিগী ক্রান্তি অমা পুরক্লবা লম্বীদা খোঙশানখিবত্র, মহাক্না য়ং লাউনা নাহা ওইরিঙৈদনি। তোমথিন ওইরবা অদ্বৈতবু থিবা শঙ্করাচার্য্যনা মহাক্কী পাউজেলবু পাক-চাউনা শন্দোক্লবা খোঙশানখিবা মতমত্রুদা মহাক নাহা ওইরম্মী। স্বামী বিবেকানন্দনা চিকাগোদা ফমখিবা ধর্ম্মসভাগী কাংথক্তগী বেদান্তগী তাইবংপান পুম্বগী ওইবা ধর্ম্মসি পৃথিবীদা লাউথোকখিবা মতমত্রু মহাক নাহা অমা ওইরম্মী। গান্ধীজীনা খা আফ্রিকাদা মহাক্কী আধ্যাত্মিক শক্তিগী চাংয়েং কয়াবু জাতী মুংশিনবদগী চাকথংলক্লিবা মৈশাদা থাজিন্দুনা শীজিন্নখিবা মতমত্রু মহাক অহল ওইবা নংথিদে।

ঐখোয়না চাউরাকপা শকওঙ অমা পীরবা তোপ-তোপ্পা য়াওন অসিগীদমক সিফাইশিং অমসুং জেনেরেলশিং ওইনা নাহারোলশিংনা শরুক য়াগদবনি। ভারত অমসুং ভারতকী সংস্কৃতি অসি য়াওন অসি য়াওদনা হিংদুনা লৈগনি হায়বসি ওইথোকপা নঙবগুম ভোই।

ঐখোয়গী আন্দোলন অসিগী মরু ওইবা দাবীশিংদি করম্গুম মুখৎপা, মমল য়াংবা হন্থহনবা, থবক ফংদবা কোকহনবা অমসুং শিক্ষাগী পথাপ্তা য়াওন পুরকপা অসিনি। পান্দমশিং অসি অদুগা অনৌবা সমাজগী থাক অমা শাগৎনবগী সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিক পম্থুংসিংস্থ ঐখোয়না টোটেল রিভোল্যুসন তৌরবতদা ফংবা ঙমগদবনি। মীয়াম পুম্নমক্কী অপুনবা কথোকপা অমসুং শক্তি অদুতনা সম্পূর্ণ ক্রান্তিবু পুরকপা ঙমগনি।

লাহেল্লো অসিগী সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিক পম্থুংশিংদু করিনো তাকউ হায়বসি ঐখোয়দা তোয়না হায়রক্লি। মসিদি চাউনা হায়বা তারবদা গান্ধীজীনা পীবা মওঙশিংদুনি। লৌউশিংউবা চাওখৎনবা, মায়না লমগী মপু ওইনবা, লৌউবদা চানবা টেক্নোলোজী শীজিন্নবা হায়বদি পাঙ্গম্না নোম্বা হন্থনবা, খুৎশুখুৎলাই শীজিন্নবা থবকশিংদা হেন্না কনশীন্না খুমাঙ চাওশিনবনি। য়ুমগী অমসুং খুঙ্গংগী ইণ্ডষ্ট্রিজ চাওখৎহনবা, অপীকপা ইণ্ডষ্ট্রিজশিং অসি য়াবমথৈ পাক-চাউনা শন্দোকপা, লমদম লমদমগী থৌরাং তৌবা অমসুং চাওখৎহনবা অসিনি। রাজনীতিগী অমসুং শাসনগী খোমজিনবা শক্তিশিং চাইথোকপা, থোইদোক্লা শিক্ষাগী মওঙ শেমদোকপা, হিন্দু সমাজগী কুইনা লৈরক্লবা বর্ণ হায়বসি মুখৎপা অর্থনীতিগী কুইনা লৈরক্লবা চৎনবী মওঙশিংসি মাঙহনবা অসিনি। ঐখোয়গী লৈপাক্তা জাতীয়করণ তৌবনা সমাজবাদকী পান্দমশিংদু অমত্তা পুরকপা ঙমদ্রে।

মসি মীয়ামগী আন্দোলন অমনি; অসুম চথবগা লোয়ননা অনৌবা মীৎয়েং কয়া, পান্দম কয়া অমসুং লম্বী কয়া লৈরকখিগনি,

অনৌবা প্রোগ্রামশিং থোক্লকনি। মীয়াম্না প্রোগ্রাম কন্না শেম্নকখিগনি। গণতন্ত্র অসিবু শণ্ডবা ওইনবা, আফিসার-শিংদগী মন্ত্রিশিং কাওবা শাসকশিংগী থবকশিংদুগী অফ-ফত্তা য়েংশিন্নবা শক্তিশিংদু মীয়াম্না লৌশিন্দুনা থম্না তাই। মীয়ামগী অনীংবগী মায়োক্তা কনামত্তনা করিমত্তা তৌবা ঙমদনবা ফিভমদু শেমগদবনি। মসি শাসকশিংদদা পানগদবা নত্তে, কারবার তৌব-শিংদা, ছাত্রশিংদা, ওঝাশিংদা অদুগা অতৈ অতোপ্পা পুম্নমক্তা পানগদবা ওই।

অসিগুম্না ঐখোয়গী পান্দমসি য়াম্না তশেং তশেংবনি।

নাহারোলশিংগীদি খিংখাং লাউবা লৈ ; মখোয়গী থম্মোয়দা মৈরি হৌরি ; নাহা ওইবগী থবক তৌনিংবা লৈ, মরম অমগীদমক মখোয়গী পূন্সি কথোক্লবা থৌরাং লৈ। ওইরক্লদৌরিবা সমাজিক ক্রান্তি অসি পার্টি নাইদবা অমসুং শান্তিপূর্ণ ওইবা ওইগনি অদুগা ছাত্রশিং অমসুং নাহারোলশিংনা মসিগী ঙাক-শেনবা ওইগনি। ঐখোয়গী ভারতকী ইতিহাস অসি ওনগদবা মতাং অমা ওইরে, মপূংফানা লৌবা লম্বী অমদা চৎপা হৌরক্রে, ঐখোয়গী ইতিহাসকী অনৌবা পন্দুপ অমা হৌজিক ইবা হৌরক্লবনি। ঐখোয়না লুপ্তুনা লৈরিবা থবক অসি খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবনি অদুগা মসিনা মহৈ য়ানবা ওইরবদা অনৌবা ভারত অমা পোকপা ওইরগদবনি। গান্ধীজীনা হৌগৎখিবা ক্রান্তি অদু মহৈ য়ালহন্নবা ক্রান্তি নত্রগা য়াওন অসি পুথোকখিবনি।

নাহারোলশিংতনা আন্দোলন অসিগী লান্মীশিং অমসুং জেনে-রেলশিং ওইবা ওমগনি। অসিগুম্বা সংস্কৃতিক ক্রান্তি অসি পুরকপা ওমদ্রবদি ভারত অমসুং ভারতকী সংস্কৃতি অসি কনবদা মানা থোক্কনি। মসি থম্মোয়সুংগী য়াওন অমা ওইগনি; অদুগা মসিগী মহৈনা ভারতকী প্রজা খুদিংমক্কী পুক্নিংশিংদা মথং মথং চৎথদুনা লৈরক্লবা আধ্যাত্মিক শক্তিনা ফোঙদোক্নুনা লৈগনি।

য়াওন অমগী নোংমদা পাঙথোকপা য়াবা নত্তে। মাঙ-হনবদি নোংমদা থোকপা য়াই, শেমগৎ-শাগৎপদি নোংমদা ওইথোক্তে। মরমদুনা ঐখোয়গী য়াওন অসি মথং-মথং অস্তুম ওনথৎলকপা ওইগনি। অসিগুম্বা লুরবা ওনথৎলকপা অসিগী ঙাকশেনবদি নাহারোলশিংনা. ওইগনি।

মচং ওইবা সম্পূর্ণ ক্রান্তিবু খণ্ডনরিবা পুন্নমক কোনশিনবা সমাজিক ক্রান্তি অমা দরকার লৈবনি। মসি য়াওদনা ওমথৈ-নাইবা দাবীশিং হায়বদি করপসন মুথৎপা, থবক ফংদবা কোকহনবা, শিক্ষাগী অওনবা পুরকপা, অসিনচিংবা অসি ফাওবদা মপূঙফানা পাঙথোকপা ওইথোক্তে।

সম্পূর্ণ ক্রান্তি অসি ক্রান্তি তরেৎকী অপুনবনি হায়না ঐনা হায়রক্লি মখোয়শিংদুদি সমাজিক, অর্থনৈতিক, রাজনৈতিক, সংস্কৃতিক, বৌদ্ধিক শিক্ষনিক অমসুং আধ্যাত্মিক ক্রান্তিশিং অসিনি। মশীং অসি হেঙ্গৎহনবা অমসুং তাথহনবা য়াই। খুদম ওইনা, সংস্কৃতিক ক্রান্তিদা শিক্ষনিক অমসুং বৌদ্ধিক ক্রান্তি য়াওহনবা য়াই। অস্তুম্না, মার্ক্সকী মতুংইন্নদি সমাজিক

ক্রান্তিদা অর্থনৈতিক অমসুং রাজনৈতিক ক্রান্তিশিংসু য়াওই। অসুম্না তরেন্তগী মশীং তাথহনবসু য়াই। অদুগা ক্রান্তি তরেৎ অসিবু তোঙান-তোঙান অমুক খায়দোক্লুনা মশীং হেঙ্গৎহনবসু য়াই। অর্থনৈতিক ক্রান্তিবু ইণ্ডষ্ট্রীগী, লৌউ-শিংউবগী, টেক্নোলোজীগী ক্রান্তিশিং কয়ামুক্তা খায়দোকপা য়াই। অসিগুম্না অমুক বৌদ্ধিক ক্রান্তিবু বৈজ্ঞানিক ক্রান্তি অমসুং দর্শনিক ক্রান্তি হায়নুনা অনি-থোক্লা খায়দোকপা য়াই। আধ্যাত্মিক ক্রান্তিবুসু নীতিগী ক্রান্তি অমসুং আধ্যাত্মগী ক্রান্তি হায়দুনা অনিথোকপা ওইনা লৌবসু য়াই।

অর্থনৈতিক ক্রান্তিনা খণ্ডনরিবদি সমাজগী অর্থনীতিগী শকওংশিংবু খণ্ডনবনি অদুগা অর্থনৈতিক সংস্থাশিং লোয়নবা মখোয়গী অনৌবা, অওনবা মওংশিংদুসু খণ্ডনবনি। অর্থনীতিগী ক্রান্তি অহোংবা অমসুং অনৌবা শেম্বা অনিমকপু খণ্ডে। ক্রান্তিনা নত্রগা ক্রান্তিগী ওইবা অওনবা করিবু খণ্ডনবগে? খণ্ডনবা অমদি ক্রান্তি নত্রগা ক্রান্তিগী অওনবা অসিগী উপায় অসি য়াম্না য়াংই, য়াম্না পাক-চাউনা শন্দোকই অদুগা থক-খা পুমওন ওমবসু ওই, অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা ওল্লিবা পোৎ অদুগী মগুণগী অওনবসু ওই। খুদম ওইনা হায়রবদা, ঈশিংনা শাহল্লগা মনিল ওল্লি।

রাজনীতিগী অমসুং সরকারগী করপসন অসি মীয়ামগী আন্দোলনগী মথাইওইবা মফম্নি। মীয়ামগী আন্দোলনগী অরোইবা পান্দমদু ঐনা সম্পূর্ণ ক্রান্তি কৌদুনা মিংথোল্লি। সম্পূর্ণ

ক্রান্তি কৌবা আন্দোলন অসিদা ঐগী থাজবদু ঐনা অমুকহন্না কনশিন্না ফোঙদোক্লি অদুগা মসিগীদমক থবক তৌনবা ঝাশক্লি। সম্পূর্ণ ক্রান্তিগী ঐগী খোল্লাউসি শন্দোক্লবা ঐনা খুমাঙ চাও-শিল্লি অদুগা মসিগীদমক ঐগী শক্তিদা লৈবা পাক্কল পূম্নমক শীজিন্নগনি। মী খুদিংনা মতোমতা ওইরবস্থু নত্রগা অতোপ্পা শিংগা লোয়ননা ওইরবস্থু মাগী মাগী শরুক পাঙথোকপা ওইসনু

ঐখোয়গী নাহারোলশিংগীদমক্তা লম্বী তাকপা মঙাল অম মফমসিদা লৈরে। ঐনা আশা তৌই মঙাল অসোমদা মখোয়গী পুন্সিগী লম্বীদু ওনশিল্লগনি। মরমন্থনা খুমাঙ চাওশিল্লে ঐগী নাহা ওইরিবা মরুপশিং।

সম্পূর্ণ ক্রান্তিনা ঐখোয়গী স্লোগাননি,
ওইরক্কদবা ইতিহাস ঐখোয়গীনি।

জয়প্রকাশ নারায়ণ



.রক অসিদা

★ পুন্সিগী মীৎয়েং অসি অনৌবা অমদা হোংদোকপা তাবনি। শিববু কিরিবমখৈদি মীয়ামা লাইরবা-নংবা, চাদবা-শেত্তবা, কোক্কগদবা লৈত্রে। হিংনবগী লানফমদা হাৎনবা তাই। অচুম্বদি থুৎলায়নি। থুৎলায় পায়রো মীয়াম। লাল হৌরো মীয়াম।

★ পুন্সি অসি শিবনি। হিংননবগী লম্বী হাৎনবনি। সরকারগীদি হাৎকনি হায়বসিনি। হাৎনবা অসিগী য়ুম্ফমদা সমাজনা হিংত্নুা লৈবনি।

★ মীয়ামা মতম মতমগী লাল হৌবা দরকারনি। থুৎলায় পায়ত্নুা লানফমদা চোংথোক্কবা য়াত্রবনি। হিংবা পাম্নবদি মীয়ামা থুৎলায় পায়ত্নুা লাল হৌবা তাই।

★ লাল শোক্নদনা মীওইবনা হিংত্নুা লৈবা হৈত্রি। মীয়ামা মীয়ামগী লাইবক লেপচগদবনি।

★ মীয়ামা থুৎলায় পায়ত্নুা অমুক্তংদবু চোংথোক্লবদি চাবা-শৎপা ফংদবা পুম্নমক খঙহৌদনা মাঙথিগনি।

★ ইনাকথুনবশিংনা মতমচুপ্পদা ইনাক থুন্দুনতা লৈনবা, লাইরবশিংনা মতমচুপ্পদা লায়রত্নুনত্তা লৈনবা, সরকারনা শিল্লি হায়বসি তৌথোরকপা থবক্তগী উরা ফংই।



লাইরিক অসিদা

● মীয়ামগী পুন্সিগী অচুম্বা করিনো? সমাজ অসি মীয়ামগীনি, মীয়াম্না মপু ওইবা সমাজনি। গণতন্ত্রদা মী থরগী অরানবম্না মীয়ামগী রানবা ওইরি। অরানবশিং অসি চুমথোক্কবগীদমক শীজিন্নগদবনি মীয়ামগী অ।বা ঈ। থরায় হকচাং পাম্মুদনা হোৎনবা হায়বসিতনা থবক পাঙথোক্কবগী লাইরানি।

● হাৎনবগী থৌরাং অসি মঙ্কম-মফমদা উবা ফংলি। হিংনবগী উপায় অসি হাৎপা নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈত্রে। হাৎপা অসি হিংননবগী অমত্তা ঙায়রবা উপায়নি।

● হিংননবগী লানফমদা থুৎলায় পায়য়ু, লানফমদা চোংথোকউ, শিবা-চংবা থন্দনা লাম্থেংনৌ, লাইর-অনংগী য়েক্কবশিংবু তুম্না মাঙহল্লু।

● লাম্নবা মীয়ামদি পুকথন্না পীজবিনবা লৈত্রি। সরকারনা পীজরি নোংমৈ-গুলী; তুম্বা ঙমদহুনা লৈরি মীয়াম্না। লাল হায়বসি জাতি অমগী চানবগী লম্বীনি।

● হিংনবগী লানফমদা থব্রায় মাংনবা নত্তনা লানঙম-ফিরাল থেৎপা য়াগদবা নত্তে। মীয়াম পুন্না থুৎলায় পায়বা লালহৌ অমগীদমক শেমশাবা তাবনি।

● মীয়ামগী লালহৌ কনানম্বু থিংবা ঙম্লোই। মমল হেনগৎলক্লি, করপাসন হেনগৎলক্লি, শেঙ্গা-থুমজা হেনগৎলক্লি, থবক ফংদবা হেনগৎলক্লি। মসিদা মীয়ামগী ঈহৌবু কনানা থিংবা ঙমগনি। মীয়াম পুন্নমক মপুংফাবা লালহৌ অমগীদমক চোংথোরক্লো।

● নহারোলশিংগীদমক্তা লম্বীতাকপা মঙাল অমা লৈরে। মঙাল অসোমদা নহারোলশিংগী পুন্সিগী লম্বীচু ওনশিল্লো। থুমাঙ চাওশিল্লো নহা ওইরিবা মরুপশিং।

  